# পুনর্জন্ম, পরলোক যাত্রাগী মরমদা নৈনবা

( সংসার অসিদা পোকপা শিবগী লাহোকলগা
ভগবানগী পরম পদবু কনানা ফংই )

( অহানবা শরুক )

শ্রীথাংজম চন্দ্র সিংহ

# পুনর্জন্ম, পরলোক যাত্রাগী মরমদা নৈনবা

( অহানবা শরুক )

ইরবা :—

শ্রীথাংজম চন্দ্রসিংহ
থাংমৈ, কোংবা মোকপম লৈকাই।

বস্তু পুস্তক অইবগীনি ]

ফাংলবা :—

শ্রীথাংজম চন্দ্রসিং

রা[illegible] লৈকাই ।




কোপী [illegible],

মমল লুপা—১০'০০

## উৎসর্গ

পমলোক অমম্বুং পুনর্জন্ম হাইবা লাইরিক্তপী মৈতৈলোনগী
ইথোকচবনি ।

ছাপা মপ্কম :—

---

ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম, য়াইস্কুল পুলিশলেন, [illegible]ফাল ।

# "নোঙ্গ্‌কপা ঌাহৈ অমত্তং"

জগত অসিদা অতুকপা ওইনা ভৌতিক অমদি পঞ্চভূতকা মরি লৈনবা চান-থক্রবা অপাম্বা মুংঙাই থাইকবদা থোইদোক্লা শন্দোকলি, অতুক্কী মতিক্ ভগবান ধর্ম্ম পরলোক পুনর্জন্ম-অমদি লাইশীংগী ওইরবা সম্পদশীংবু থাজদবা পোকলি অদুগা অপাম্বা, মিথৌবা, কল্লকপা, নাপন, অপাম্বা অশাথবা, লৌনিংবা, ওইদবা য়েক্লবা, হাংন-শুনবা পুক্নিং লৈতাদবা, অবাবা অকিবা লৈখাতাবা, ওইদবা কয়াগী মশক্ মওং পুরিবী হীংচ-মাইতম্বীগী মরম—মথুম্বু শন্দোকলি অমদি পুক্নিংগী অপাম্বা থুংনবগীদমক্ মসিদা মীওইবশীংনা চংশিল্লি, থাওখংহল্লি। মীওইবা পুন্সিগী কান্নবদি "ভগবত প্রাপ্তি" তন্ত্রগা আত্মাস ক্ষতকারনি মসিবু পূম্নমক্লা কাওনজ্রে। অদুম ওইনমক শিক্ষা, সেবাদা চাওখৎপা অমদি ধর্ম্মগা মরি লৈনবা পুরকপগা লোইননা ভগবত প্রেমদা চংলক্লবগীদমক্ "পরলোক অমসুং পুনর্জন্ম" অসি কোঃজবনি। মসিদা পাঠকশীংনা পাংত্রবা ঐনা হোংনজরিবা অসিদা অরান্ অছুই য়াওখিবা পুম্বা ঙাকপীগনি॥

শ্রীথাংজম চন্দ্রসিং

# মঙ্গলাচরণ

বর্ণানামর্থসংঘানাং রসানাংছন্দসমপি।
মঙ্গলানং চ কর্ত্তারৌ বন্দে বাণীবিনায়কৌ (১)॥

মশেক্ অর্থগী মহৌপ, রসসিং ছন্দশিং অমসুং মঙ্গলগী ভুংনবম ওইরবী, দেবী শ্রীসরস্বতী অমদি বুদ্ধিগী মবুংঙো শ্রীগনেশজীবু ঐনা খুরুমজরি॥

বন্দে বোধময়ং নিত্যংগুরুশঙ্কররূপিনমঃ।
যম শ্রিতোহিবক্রোহপি চন্দ্রঃ সর্বত্র বন্দ্যতে॥ ২।

জ্ঞানগী মশক ওইরবা, অচুবা, শঙ্করগী মশক ওইরবা শ্রীগুরুবু ঐনা খুরুমজরি, মাগী খেঙ্গান কংবদগী অপেবা থাবুসু মকম স্বদা খোরমৈন। ২।

ভবানীশঙ্করৌ বন্দে শ্রাদ্ধাবিশ্বাসরূপিনৌ।
যাভ্যাংবিনা ন পশ্যন্তি সিদ্ধাঃ স্বান্তঃ
স্থমীশ্বরম্॥ ৩॥

শ্রীপার্বতীজী অমসুং শ্রীশঙ্করজীবু থাজনবম অমদি অশেংবগী মশকনি মখাক্কী হৌজাল নত্রবদি সিদ্ধ ওইরবা মীওইশিংনা মসুংদা থাজনা থমজরিবা ঈশ্বরবু উবা ফংদে মাবুগ ঐনা খোরমজরি।

Orders No. E 5/2178 MSKA. গী মতুং ইন্না মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী মতেংদগী লাইরিক অসি কোংজবা তম্বগীদমকসু মতম পুম্বদা ঈশ্বরনা পেনবীবা ওইসনু!

# পুনর্জন্ম অমসুং

## পরলোক যাত্রাগী মরমদা নৈনবা

### ( অহানবা শরুক )

সংসার অসিদা পোকপা শিবদগী লাম্থোক্নগা ভগবানগী পরম পদবু ফংনা কংই।

অণোরণীয়ান মহতো মহীয়ানাত্মাস্য জন্তোর্নিহিতো গুহায়াম্।
তমক্রতুঃ পশ্যতি বীতশোকো ধাতুপ্রসাদান্মহিমান মাত্মনঃ।
( কঠঃ ১।২।২০ )

অসিগুম্বা জীবনা থম্মোয়গী মশক ওইরবা গুফাদা লৈরিবা আত্মা — পরমাত্মা পিক্লবদগীসু পিক্লবা অমসুং অচৌবদগীসু অচৌবনি; পরমাত্মাগী অসিগুম্বা মতিক মগুণবু অপাম্বা লৈত্রবা অরাবা লৈত্রবা ইচম-চম্বা নিপা পূম্নমক্কী চেনশনকম ওইবা পরব্রহ্ম পরমেশ্বরগী কৃপানা ফংই।

নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যো ন মেধয়া ন বহুনা শ্রুতেন।
যমেবৈষ বৃণুতে তেন লভ্যস্তস্যৈষ আত্মা বিবৃণুতে তনূং স্বাম্।
( কঠঃ ১।২।২৩ )

অসিগুম্বা পরমাত্মাবু ৱাঙাংনা ফংবা ঙমদে, বুদ্ধিনা ফংবা ঙমদে, অমসুং য়াম্না তাবা-থোংপনসু ফংবা ঙমদে; মসিবু ফংনবগী দমক্তা য়াম্না হোৎনবা তাই, হোৎনবা অতুগী পাম্জনা ফংবা

ঙমই ; অদুগুম্বা পরমাত্মানা মাগীদমকতদি মহাক্কী অশেংবা মশক অদু কোংদোকপী।

নাবিরতো দুশ্চরিতান্নাশান্তো নাসমাহিতঃ।
নাশান্তমানসো বাপি প্রজ্ঞানেনৈনমাপ্নুয়াৎ। (কঠঃ ১।২।২৪)

অপিকপা বাখলনা পরমাত্মাবু খংত্রবসু অদুগুম্বা মীচুনদি ফংবা ঙম্মী, অদুগুম্বা ফগুবা লমচৎ লৈত্রবা, অয়িংবা লৈত্রবা, মহাক্কী থম্মোয় ইন্দ্রিনা অরেপ্পা লৈত্রবা মীনদি ফংবা ঙমদে। (লমচৎ চুম্বা, অয়িংবা পুম্নমকপু মান্ননা উরবা অমসুং অতপ্পা থম্মোয় ওইবা নিপানা ফংবা ঙম্মী)

যস্ত্ববিজ্ঞানবান্ ভবত্যমনস্কঃ সদাশুচিঃ।
ন স ততপদমাপ্নোতি সঁসার চাধিগচ্ছতি। (কঠঃ ১।৩।৭)

অদুগুম্বা মতমলৈবা খিবিক্তা বিবেক লৈত্রবা বুদ্ধি লৈত্রবা চিংনগনবা অমসুং অশেংবা য়াওত্রবা পুন্সি ওইদুনা লৈরবা, মহাক্না অসিগুম্বা পরম পদবু ফংবা ঙমদে; থাক্সেশেংনমক মহাকতি হন্না হন্না পোকপা শিবগী মশক ওইরবা সংসার চক্রেদা থুদুনা লৈ।

যস্তু বিজ্ঞানবান্ ভবতি সমনস্কঃ সদা শুচিঃ।
স তু তৎপদমাপ্নোতি যস্মাদ্ ভুয়ো ন জায়তে। (কঠঃ ১।৩।৮)

তৌইগুম্বসুং মসিদা মতমলৈবা খিবিক্তা থাজবগী বাখলন্দা ভিন্নবা নৈনরবা লৈত্রবা অমসুং অশেংবা জীবণ ওইরবা, মহাক্না অসিগুম্বা পরম পদবু ফংবা ঙম্মী, মফমদুদগী হন্নকতুনা অমুক পোক্লদ্রে।

বিজ্ঞানসারথির্যস্ত মনঃ প্রগ্রহবান্নরঃ।
সোঽধ্বনঃ পরমাপ্নোতি তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদম্। (কঠঃ ১।৩।৯)

অহুগুম্বা মানা বিজ্ঞানগী বালনা বুদ্ধিগী মশক ওইরবা সারথিনা মপুং ওইহনা অমদি পুক্নিংগী মশক ওইবা লগামবু মতমলৈবা খাবক্তা খুহম চন্দুনা থম্বা মহাক্না সংসারগী মার্গদগী লাম্থোকখিহনা পরব্রহ্ম পরমাত্ম বিষ্ণুগী অহুগুম্বা অওকপা পরম পদবু ফংবা ঙম্মী।

# আত্মাগী অমর

ঐখোয়না সংসার অসিদা করি য়েংলি, মহুদি—কনাগী নুংঙাইবা, কনাগী অৱাবা; কনাগী জ্ঞান লৈবা কনাগী জ্ঞান লৈতবা; কনাগী এনাকখুনবা, কনাগী অনংবা। কনানসু লাইরবা অৱাবা বাংল লৈতবা পাম্মূদে। পামদে হায়রবসু করিগীদমক মসি ওইরিবনো? মী খরনদি মসিগী মায়বা বাখল পীরি, মহুদি—ঐখোয়না সংসার অসিদা হোৎনবা অমসুং উপায়না মহু ওই, অহুগী মহয় ঐখোয়না ফংই! অহুগুম্বা মীনা উপায়শিংবু থিরুদে অমসুং হোৎসু হোৎনরুদে, মখোয়না করিগুম্বদসু সাধ ওইবা ঙমদে, তৌইগুম্বসুং সংসার অসিদা ঐখোয়না মসিসু

উবা ফংই মতুদি মথলমথা অয়াম্বা উপায়শিং হোৎনহৌনা অচুম্বা ভৌহনা লৈবনস্থ মী অয়াম্বনা ফল ফংবা ঙমদে।

মসিদা ঐখোয়না ৱাখল ভৌবা ঙম্মী মতুদি সংসারদা য়েংননবা অঙকপা করম্বা অপাম্বা পোৎ লৈ ? লৈতে, করি-গুম্বদস্থ থবক নত্তনা ওইবা য়াদে। মতম অসিদা অদু ওইরবদি অমুক হন্না কনাগীস্থ করিগীম্থ ফল ওইনবগীদমক করিগী হোৎনরিবা। মরম অদুনা ঐখোয়না মসি শোইদনা লৌবা ভাই মতুদি করিগুম্বা থবক নত্তনা মরু ফংবা ঙমদে, অদু ওইরবদি অসিগুম্বা অঙকপা অসিগী মরম করিনো ?

সমং কর্ষন্তি পৃথিবীং সমং শাস্ত্রকাধীয়তে।
উন্মজ্জন্তি নিমজ্জন্তি দৈবস্তৈকস্ত লীলয়া ॥

“লৈপাকপু মায়না খোইদোকই, শাস্ত্রশিংবু মায়বা মহেৎদা থম্মী, ভৌইগুম্বস্থং অমত্তা ওইবা লাইগী লীলাদা লুপই অমসুং মথক্তা কাই।” মসিদা লাই করিনো ? সনাতন বৈদিক শাস্ত্রগী মওংনা মসিগী মওং থরা পীরি। মতুদা হাইরি— “হে মীওইবা নংনা করিগুম্বা থরা ভৌবা অমসুং ভৌরিবা, অদুনা সংস্কার ওই, মখোয় অদু লাই অমদি পুণ্য-পাপ কৌই। নংহাক্তী থবকশিং অদুনা হৌভিক ওইদে ওইরবস্থ লাইগী পাঙ্গলনা মহাক মহাক্তী ফল অদু পায়দে। মসিদগী ঐখোয়না মসি খংবা ঙমলে, মতুদি অৱাবা মুংঙাইবা, থাজবা থাজদবা অমসুং মুংঙাইবা খুদোংথীবা পুম্নমক অসি ঐখোয়না ভৌবগী মহয়নি।” মসিদগী ৱাহং অসি ওইরকই, মতুদি—করিগুম্বা

অদুক্তিপা অচৌবা পোকপদগী মশা কবা অমসুং করিগুম্বা মমাগী খোম থকপদা পেন্দবা করিগী ওইরিবা? মহুদা করম্বা থবক ভৌরিবা, মসিদা মহাক্না খোনা ফনা অরাবা অমদি নুংঙাইবা ফংইবা?

মসিগী পাউখুমদি অসিনি "মতম অহুদা মহাক্না করিগুম্বা অমবুম্ব ভৌত্রবা অমসুং ভৌবদম্ব ওইথোক্কবন্ন ওইরবা; ভৌইগুম্বসুং মতমত্তুদা ভৌগী পাঙ্গল লৈরম্রবা, মতম অহুদা থবা ভৌরিবা, হৌজিক হৃপ্পগী মহুগী ফল চাই। মতুংদা পাঙ্গল লৈরক্লবগী তুংদা থবা ভৌরগনি. মহুগী মহৈসু মাংদা সোইদনা ফংগনি" ঐখোইগী অরা-নুংঙাইগী মরমদি হন্দক্কী মপোক্কী কর্ম্মনসু ওই, হৌত্রবা মপোকশিংগী কর্ম্মনসু ওই। পোকপগী কারননসি কর্মনি, কর্মদগী পোকপা, পোকপদগী কর্ম।

"অহু ওইরবদি অসিগুম্বা চক্র অসি করম্বা মতমদগী ওইখি?" অসিগুম্বা চক্রদি হৌবা লৈতে লোপ্তুনা লৈ। আত্মাসু হৌবা লৈতবা মতমগী অরা-নুংঙাইবু ভোগ তৌরে।

পুনরপি জনম পুনরপি মরণং পুনরপি জননীজঠরে শয়নম্।
ইহ সংসারে বহুদুস্তারে কৃপয়াপারে পাহি মুরারে॥

(চর্পটপঞ্জরিকা)

"হয়া হয়া পোকপা, হয়া-হয়া শিবা, হয়া-হয়া ইমাগী পুক্কা লৈরে, হে মুরারে! সংসার অসি য়াম্না তমথি। থৌজাল-বীহুনা মসিদগী ঐবু কনবীয়ু।"

অসিগুম্বা চক্রগী অহানবদগী ওইরকইবা চক্রদ' নৈরব রিবশিং অসি নাকল অমত্তা উবা অমদি কৃপায়াওদবা দোষন্তা শিবনি। অমদি মসিদা নাকল অহক্ত উবগী দোষ নৈ, মহু ভগবান নত্তে। গীতাদা ভগবাননা মহাক্না নিংথীরবা মশকপু তাকলি—'ন মে দ্বেষ্যোঽস্তি ন প্রিয়ঃ। ঐনা কনাবুস্তু হজোইরদে, কনাবুস্তু নুংসিরুদে।' ভগবাননা শুগ্নগী কর্মগী মহৈদা পী। কর্মগী মতিক চাবা মহৈ পাগনি। কর্মচক্রনা অরেপ্পা ওইরবদি অমুক হন্না জীবগী মতিকচাবা ফংনবগী বাংরুবগী করিনো।

অসিগুম্বা কর্মস্তু জ্ঞাণগী মশক কহুনা ওই। —"অজ্ঞাণেনাবৃতং জ্ঞাণং তেন মুহ্যন্তি জন্তবঃ।" জ্ঞাণ নৈতবদগী জ্ঞাণগী লশীত্নু নৈরকপা মরমদগী মীওইবনা অপাম্বদা লুপশিন্নি। অপাম্বদগী কর্ম কর্মদগী পোকপা অমসুং পোকপদগী অরা-নুংঙাই ফংই। অসিগুম্বা লেংত্রবা চক্রবু বেদান্তশাস্ত্রনা জ্ঞাণগী মশকনা তানথোক্নপা আত্মা পরমানন্দনা প্রকাশস্বরূপ ওইহনা তানথোইগনি।

জ্ঞাণেনতু তদজ্ঞাণং যেষাং নাশিতমাত্মনঃ।
তেষামাদিত্যবজ্জ্ঞানং প্রকাশয়তি তৎপরম্ ॥

(গীতা ৫।১৬।)

# "জীবন্মী সনাতন—প্রশ্ন"

চাওরাক্লা: মীওইবা পুন্নমক্কী পুন্সিদা করি-করিগুম্বা মতমদা ব্রাহং অসি হংদনা লৈনদে মতুদি—"ঐ কদায়দগী লাকপনো?" অমুগা "কদায়দা চৎকনি?" "কোহৎংকুত অায দ?" হাসি ওপেং-বনি মতুদি জ্ঞাণ লৈতবা মী অমদি ওপিকপা বুদ্ধিগ মীনা অসিগুম্বা ব্রাহং অসিবু খংনবা কোৎনে। মথং মনাও ওইনা মহে হৈবা মীশিংনা ব্রাথল তৌবদা চোকনৈ অমম্বু পাউখুম অমু খুদক্কা কংই। ব্রাহং অসি সনাতননি অমম্বুং থিরিবম্বু অরিবনি। জগতসৃষ্টিগী মতমদা মসিবু থিব অসি দেশ পুন্নমক্কা অমম্বুং মত পুন্নমক্কা অমদি দর্শণশিংদা চৎনরকই। তোঙান-তোঙানবা মতশিংগী মীনা পরলোক্ অ দি হন্না পোকপগী মরমদা মহাক্- মহাক্কী ব্রাথলম্বু কোংদোকলকই। হাইরিবা ব্রাথলশিং অসিদা বিচার তৌদনা মহাক-মহাক্কী আধ্যাত্মিক সিদ্ধান্ত লৈরবদি অরুবা নত্তে নত্রবদি অরুবা হাইবদি শোইদ্রবনি।

উপনিষদকী ব্রাকম অমদি শ্রীমদ্ভাগবদগীতাগী মক্ক ওইবা পাউতাকম্বু মসিনি তোংঙান-তোংঙানবা উপনিষদ, পুরানশিং-দা অমম্বুং দর্শনগী লাইরিকশিংদম্বু মসিগী মরমদা য়াক্সা লৈনরকই। মতু অচুম্বনি; মরমদি হন্না পোকপা পরলোক-সম্বন্ধগী লৈনবা নত্তনা আত্মগী ব্রাথল অাস ওইবা য়াদে। (কঠোপনিষদ)

যেষং প্রেতে বিচিকিতসা মনুষ্যেঽস্তীত্যেকে নায়মস্তীতি চৈকে।
তদ্বিদ্যামনুশিষ্টসত্বয়াহং বরাণামেষ বরস্তৃতীয়ঃ।।

( ১।১।২০ )

মসিগুম্বা বাহংসি মথা পোনবা শিষ্য নচিকেতানা গুরু-ব্রহ্মবিদ্যাচর্য বৈবস্বত যমদা তৌখিবনি, অসিগুম্বা বাহং অসি সনাতননি। গীতাগী দ্বিতীয়াধ্যায়, অদুগুম্বা গীতাগী লুরবা ওত্তনি অমসুং মসিদা অর্জুনগী বাহংগী মতুং ময়া লাকই, মসিগী মপুং ফাবদি; কঠোপনিষদতা ফজনা থংকনি। অনি-মক্তা "নায়ং হন্তি নহন্যতে" অসিনচিংবা করিগুম্বা অচুম্বা বাহৈশিংবু মান-। কোংদোকই, অসিগুম্বা বাহৈ অসি বিদ্বান শিংনা কোংদোকই।

দার্শনিক লাইরিক পুম্নমক্তা—থোইদোক কেনদোক্তা গীতাদা য়াম্না সিদ্ধ ওইনা হাইরি মতুংদি আত্মা অক্ষর-অমরনি অমদি মাংবা লৈতবনি—

নৈনং ছিন্দন্তি শস্ত্রানি নৈনংদহতি পাবকঃ।
ন চৈনং ক্লেদয়ন্ত্যাপো ন শোষয়তি মারুতঃ॥
অচ্ছেদ্যোঽয়মদাহ্যোঽয়মক্লেদ্যোঽশোষ্য এব চ।
নিত্যঃ সর্বগতঃ স্থাণুরচলোঽয়ং সনাতন॥

( গীতা ২।২৩—২৪ )

অদুগী অমুক হন্না পোকপগী মরমদা সর্বশ্রুত শ্লোকনা হাইরি—।

বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায়
নবানি গৃহ্নাতি নরোঽপরাণি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণা—
ন্যন্যানি সংযানি নবানি দেহী ॥
(গীতা ২।২২)

জাতস্য হি ধ্রুবো মৃত্যুর্ধ্রুবং জন্ম মৃতস্য চ ॥ (গীতা ২।২৭)

তে তং ভুক্ত্বা স্বর্গলোকং বিশালং
ক্ষীণে পুণ্যে মর্ত্যলোকং বিশন্তি ॥
(গীতা ৯।২১)

অসিনচিংবা খুদম "শুক্লকৃষ্ণে গতী ওইবা জগতঃ শাশ্বত মত।" (৮।২৬) অসিনচিংবা উদাহরনশিংদসু জীবগী চৎথি-বগী অমদি পরলোক চৎপগী মরমদা শেংনা হাইরি।

পরলোক অমসুং পুনর্জন্ম ভারতকী বৈদিক ধর্মগী মক্ত ওইবা অসি সিদ্ধ ওইনা লৈ। ইতি:—

# "মীওইবা জীবনগী—উদ্দেশ্য"

সংসারগী থবাই পানবা পুন্নমক অরা-মুংঙাই ফংই। পোকপদগী হৌড়ুনা অসিগুম্বা ভোগ অসি হৌই। মসিদসু অরুম-অয়াং লৈ। মী শমনা পোকপদগী হৌনা মুংঙাইবগী সুবিধা অসি হেন্না ফংই। মসিগী পোকপা মতমদা "এয়ার কন্দিশন্দ" ওই। ডাক্টর ৫-৬, লেডী ডাক্টর, নর্সনা অকবা ধাত্রী অমাং ওইননবা য়াম্না নিংথীনা সেবা তৌই। মিকুপ-মিকুপ থুদিংগী মরুপ-মপাংশিংদা টেলিফোন তৌদুনা মহাক্কী মশা-মঙ অক-ফন্ডগী হং:—পাউ পুম্বা থংহন্নি। তৌইগুম্বসুং মসিগী ওম্বা অমগী অহানবসু মমা অমনা লবুক্তা মহৈ মরোং অমদি লৌ থাওরি। নুমিং য়ুংবগী মতমনি। মথা থংব। খোংনা ঈশিংদা লৈ অদুগা মথক্তনা ভগবান ভাস্করগী থাংজমদবা মৈশানা মহাক্কী কোকথক্তা য়ৈরী। মশা পুন্নমক হুমাংনা পুমচোং চোংলি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা অমাংসু পোকলি মতম পুন্নমক্তা উপায় লেজন্নবা ফত্রবা ফিভমদা মহাক্না মশাগী নৌনা ফংজরিবা অমাং অহুবু লকুক্কী মনা-মশিংনা অতোপ অতোপ্পা থুমুক্তু চরুগী পোলাংদা হাপ্লগা মকোক মথক্তা খোংগংডুনা ময়ুম মাইকৈদা লাকই। থাজেশেংবমকান মচুঙ্গি পোকপদগী হৌডুনা অসিগুম্বা অমাং অসিনা অদুগুম্বা অরা-মুংঙাইগী শরুক অদু ফংই, মসিগী মরম থরা লৈ। মসি গুপ্পগী প্রকৃতিগী

লীলানি—অশুম তৌই হাইদুনা অঙাং মাংহনবনা অকবা নত্তে। মরম অদুনা খংজিনবা কৈ মতুদি মখোই অনিমক্তা অহানবদা করি-গুম্বা কর্ম খরদি তৌরে, মদুগী মহৈ ওইনা পোকপদগী হৌদুনা মখোই অনিমক্তা অদুগুম্বা অরা মুংঙাই সং-ই। "কর্মগী মহৈ" "কর্ম" অমসুং "হন্না পোকপা" অহুম অসিগী খুদম অসি মথক্তা পাংথোকপ্রিবা উদাহরণ অসিনা ওই। মসিবু স্বভাব, প্রকৃতি অমদি নেচরনি হাইদুনা চিংনবা পুম্বা নিংখীনা লৌই, তৌইগুম্বসুং কোংদোকইবা পৌদোক অসিগী পাউখুমদি মসিনন্না ওইবা য়াই, মতম অদুদা মসিগী মরূ ওইবা মরমদু থীবদা মখোইগী মরূ ওইবা মরমনা তোংঙান তোংঙানবা মথলগী অকবা কওবা কর্মনা ওইবা য়াই, মদুগী মহৈগী মশকু ওইদুনা থবাইপানব-শিংদা অরূম-অয়াং অমদি লোইনরকপা মওংনা পোকপদগী শিবা ফাওবদা অরা—মুংঙাই ভোগ তৌই

কর্মসু মহৈ পীননবা স্বতন্ত্র নত্তে ; মরমদি মখোইগী ( দগুনি ) মপোক অসিদসু সেবা নৌকরী, ব্যপার অসিংনাচংবা কর্মনা মশাগা স্বতন্ত্ররূপতা ফল পীদে, অচুম্বমক করিগুম্বা নিয়ম লাকপা, স্বামী, ব্যবস্থাপক অসিনচিংবগী মরম ওইনা মহৈ পী। নৌকরী তৌরিবশিংগা নৌকরীগী মশকু মখোইগী কর্মদুনা মশাদা তলব-পীদে ; তৌইগুম্বাসুং মহাক্না নৌকরী তৌই, অদুগুম্বা মপুনা নৌকরীদা মহৈ তলব ওইনা পী। মরম অদুনা কর্মগী ফল পীবা অমা "কর্ম-ফল দাতা" বু থংবা তাই। সংসারগী কর্মগী মহৈ অদু মহাক্না পীবা তম্মী, মসিদা কর্ম তৌরিবা মীওইবনা মাগীদমকু

ভৌরিবা থবকশিং অমসুং মতুগী মহৈশিং অদু চুম্না চুম্না জ্ঞান ওইগনি। করিগুম্বা স্কুল অমদি কোলেজগী মরু ওইবা অধ্যাপক, প্রিন্সিপাল, কারখানা, মিল, ফেক্টরী অসিনচিংবগী মেনেজরনা মসিগী খুদম ওইনা পিবা য়াই। মখোইনা মশাগী কর্ম অদু ভৌবগী মহৈ পুম্নমক অদুবু থংই, মখোইগীদমক্ ভৌবীরিবা কর্মশিংদুবু থংবী, অদুগা অদুগুম্বা কর্মশিংদুগী মহৈদু থংলগা, মীপুম্নমকপু মহাক্কী কর্মগী মহৈ অদু নিয়মগী মতুং ইন্না পী। অচুম্বদি, অসিগী মভৌগুম্না অনন্ত কোটি ওইরবা ব্রহ্মাণ্ডগী মশক্ সংসার অসিদা অম্মমদা ওইনা ব্রহ্মাণ্ডদা অনন্তানন্ত জীব লৈ। ব্রহ্মাণ্ডগী মথল-মথা য়াম্বা অমদি অনন্তগী ভৌতিক বৈজ্ঞানিকশু স্বীকৃত ওইরি। চন্দ্র, শুক্র অমসুং সূর্য্যলোক্ অমদি পৃথ্বীগী মাইকৈদা ওমথৈ থংনবগীদমক অরোইবা লৈত্রবা মকম কাওবা পাইনবগী বৈজ্ঞানিকশিংগী মশাগী ভৌবা ওম্বা কোংদোকই মহুদি অসিগুম্বা সংসার অসিদা মথল-মথাগী সংসারদা বিশ্বগী সম্ভব লৈ। মসি ঐখোইগী ব্রহ্মাণ্ডগী লোইবা নাইত্রবা হাইনবগী মরু ওইবনি। ওমথৈ লৈত্রবা ব্রহ্মাণ্ডদা অমমম ওইবা ব্রহ্মাণ্ডদা লোইবা লৈত্রবা জীবা লৈ, মসিগী থাখল অসিদা সংসারগী করিগুম্বা অমনা করি ওইগনি; বৈজ্ঞানিক পুম্নমকনসু ওইবা য়ারোই। মীওইবশিংগী, শাশিংগী অমসুং করিগুম্বা শরুকতা উচেক্শিংগী মশিং হাইবা ওমই, ভৌইগুম্বসুং জীল-কৌজেং অসিনচিংবা যোনিদা পোকপা মথল-মথা অয়াম্বা জীবনা সংসার অসিদা লাকওমদনা লৈরি, মসিগী অচুম্ববু

সংসার অপুন্নগী বৈজ্ঞানিকন। "রাউণ্ড টেবল কনফ্রেন্স" তৌদুনা অমদি পুন্সি চুপ্পা থী খোংপদা শুমকম খোকপ্রা? নোংজু থাগী অহিং অমদা খুন্দ: অমদা সড়ক অমদা বিজলীগী বলবকী মথাদা মশিং থিঙমত্রবা কজার কয়াগী জীবনা হুমিদাং অমদ পোক্লগা অয়ুক হেক ওইরকপদা লিরিবা। অসিগুম্বা জীবগী মশিং, তোংঙান-তোংঙানবা জাতিশিং চারি-থকইবা অমসুং মখোইগী অরা-কুংঙাইগী মওং থংবা অসিবু হৌজিক্কী চাওথংলিবা বৈজ্ঞানিকী মকমদসু ওইবা য়াবরা? তোইশুদসুং অসিগুম্বা থবক পুন্নমক নিয়মগী মতুং ইন্না কোংদোকই মগুদি মসিগী তুংনকম ওইরবা য়াম্বা সমর্থ ওইবা পুন্নমকপু থংলবা অখোইবা নিয়ম ককপা অমদি ব্যবস্থাপকী কল্পনা পামদে হাইদুনসু তৌবদি তারিবনি; অতোপ্পা কনাগুম্বা মীনা জীব পুন্নমক অসিবু নিয়ম অমত্তা ওইনা মতমদা পোকইবা, নিয়ম ওইনা কোংদোকইবা অমসুং নিয়ম ওইনা শিবা অমদি অকিবা লৈতনা মতমদা মায় ওন্দনা অমত্তা ওইনা তৌরিবা—বাহং অসি সংসার পুন্নমকী বুদ্ধিমানশিংগী মাংদা লেপতুনা লৈ।

ঈশ্বরবু ইকায় খুম্নবগীদমক্ক মসিনা অচুম্বা অমা পীরি। লোইবা নাইত্রবা ব্রহ্মাণ্ডশিংদা মশিংথীঙমত্রবা জীবনা ব্রহ্মাণ্ড-থুদিংদা লৈরি করোই অথম লৈত্রবা জীবশিংনা তোংঙান-তোংঙানবা জীবনা অরোইবা লৈতনা পোকই। মশিং লাক-শুমত্রবা জীবগী পোকপা থুদিংগী মপান্ মাইত্রবা কর্মনি। শীংথাক্লবা শুমত্রবা কর্মশিংদা অমমগদা ওইবা কর্মগী ফল লৈ

অমসুং হাইরিবা কর্মশিং অমগী অমমমদা ওইবা মতম্তু লৈ। মসিনম্তু পোকপা, সংস্কার অমসুং মহৈ ওই। মথক্তা হাইখ্রিবা বিবরন্দা জীবগী কনা পোকপা, হন্না পোকপা অমসুং ইত্তনা পোকপবু থাজদবা মীশিংদা মসি হাইবা য়াই মতুদি—মীওইবগী মচানা থা তককু কৌংনরবগী তুংদা কম্বা তমলকই; তৌই-গুম্বসুং যণ, ইরোই, গধা, শাগোলগী মচানা পোক্লবগী তুংদা মিকুপ থরগী তুংদা চংথোক্কে, অশেংবমকু চোং-ফনবা, চেন-থোকপা অমসুং চেনসিনবা তৌই। হন্না পোকপবু থাজদব-শিংদা ঐনা হংই মতদি-অশুক য়াম্বা শাশিংগী মচশিংবু ট্রেনিং কনানা তৌই? মখোইগীদমকু মকম কদাইদা "ট্রেনিং সেন্টর অমদি ইনটিট্যুশন। কদাইদা হাংলি? শা-উচেকশিংগী মচাবু কনানা পাইবা তম্বীবগে? কাওনা নার-ক্ষীর বিবেক কনানা তাকই? কাক্লা অশিববু অথোইবা ওইনা চারিবা, চানবা চিংলাকপু থাদোক্লগা থোইদোক্লা ফত্রবা অমসুং নমথীরবা শত্রুমগী মাইগৈ-দা অপেনবা লৈত্রিবগী থৌনা অসি কনানা তম্বী? শাহিং-চাবা নোংশা কৈনা শজীবু ফানবা পাউতাক অসি কনানা পী? মসি পুম্নমক্কী পাউথুমদম্তু প্রকৃতি স্বভাব, নেচরনি হাইদুনা মীওইবনা চিংনবদু কোকই, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা বাহংশিং অসিগী অচুম্বা সমধানদি নত্তে, মতম অদুদা হন্না পোকপা (অম্নবা) নিংশিংনবা পোকপা অমসুং জীব অমমমগী হন্না হন্না কয়ারকু হন্না পোকপবু থাজরিবা থৌদোক অসিদা চিংনবা লৈত্রবা অচুম্বা অমসুং অফবা খুদমনি। মসি অশেবমকনি মদুদি

যগ ইরোই, গধা অমদি শগোলগী মচাগা শুপ্রগী পোকপদগী যগ, ইরোই, গধা, শগোলগী মশা ফংহুনা লাক্তে, তৌইগুম্বসুং হয়া পোকপগী অচুম্বা অহুগী মতুং ইন্না মহাক্না অহানবদগী কয়ারক হয়া মতৌ অসুম্না পোকপ্রে অহগা মপোক অসিদা পোকপদগী হৌহুনা চোং—ফন্দুনা, চেন্নবগী অভ্যাসবু মানা নিংশিংহুনা শেম্মীবনি। অসিগী অভ্যাসকী মরমদি পোকপনসু নহাল অমুক্কী সংস্কারগী নিংশংবা নত্তনা কনানা ভাকপদা মখোইনা থবক্ অসি তৌগনি।

নহাল অমুক্কী মপোক্কী সংস্কার অসি থম্মোইদা লৈ। অহুগুম্বা সংস্কারবু নিংশংবা ওইরিবসি দেশ, কাল, অবস্থা, লৈফমনচিংবা করিগুম্বা পোৎসু মতৌ অগুম্বা মাংদা লাকই, সংস্কারনা পোকহনবা ওই অমসুং থন্নাই পানবগী নহাল অমুক্কী মপোকক্কী অভ্যাস অহুদগী থবকতু পুক্নিং চংলকই। মরম অতুদগীনি মতুদি উচেকক্কী মচানা তম্বা য়াওদনা অমদি নহাল অমুক্কী নিংশিংবতনা পাইরিবনি। হংসনা নীর-ক্ষীরবু বিবেক্ তৌরিবা অমসুং নোংশানা মচিঞাক্ শক্তিবু ঙাইহুনা ফমলিবা। কদাইদগী ওইবা য়াগদগে মহুদি থম্মোয় অমনা অগুকয়াম্বা সংস্কার অসিবু কর্ম্না অমসুং কদাইদগী লাকপা ঙমগনি? মসিগী পাউথুমদি মসিনি মহুদি ঘী, থাও, আচার অমদি অসিগুম্বা অতোপ্পা পোৎপু অহুগুম্বা লৈবাক্কী পাত্রদা হাপ্তুনা মুমিং থরা থম্বা, অহুগুম্বা লৈবাক্কী পাত্রতু থাও, ঘীনচিংবতু লোথোক্তুনা, সোদা, লৈবাক, অশাবা ঈশিং অসিনচিংবনা য়াম্না নিংথীনা পোৎ-চৈনা ভকভক্তুনা য়াম্না শেংনা চামথোকলবসু

অচুম্বা পান্নশিংদা নিংথীনা হোৎনরিবা সংস্কার অহু কোকপা ঙমজ্রা? হংদবা য়াই মতুদি চামথোক-শেংদোক্লবগী তুংদা মাগী কজনা চামথোকপা অহু শেংনা উদে, তৌইগুম্বসুং পাত্র অঃ সুংশা অমদি মৈগী মৈনিল হেক্ ফংবদা, হোৎনখিবা থবক অহু মপান্দা থোকলকনি। মকম অসিদা হোৎনবগী সংস্কার অসি পাত্রদা লুপলি মৈ অমদি মণ্ডালনা সংস্কারশিংবু নিংশিংহল্লি অচুম্বমক মতৌ অসিগুম্বা শা, উচেক, তীল, কৌৱেং, লাই, হিংচাবা, মীওইবা, হুই, ওক্ অসিনচিংবা অসিনা যোনিশিংদা পোকপগী মরম্না মথোই পূর্মকী কর্মশিংগী সংস্কার অহুনা মথৱাই পানবা পূর্মকী থম্মোয়দা ঙানখোইরি তৌইগুম্বসুং লোৎভুনা লৈ। মতৌ অসিগুম্বা সুংশা অমদি মৈগী মতৌগুম্না অসিগুম্বা সংস্কারশিংগী নিংশিংবা অসি শা উচেক অসিনচিংবগী পোকপা ফংই মতুদি—সংস্কারহু নিংশিংডুনা, অহুগুম্না থবাই পানবশিংনা হৌগৎ-কমথ, চেন-চোংবা, পাইবা, হাৎ-শুবা অসি-নচিংবা অসিদা চংশিল্লকই। মরম অহুনা অমমমদা ওইবা জীবগী মশিং লাকঙমজ্রবা মপোকপু থাজবশিংগীদমক্তি বাহং-অহুগী পাউথুম ওইনা হাইরিবশিং অসিনা অচুম্বনি।

জ্ঞাণগী মশক ওইরবা পঞ্চমহাভূতকী মহৈবু থংলবসু অসি-গুম্বা অবাবসি ওই মদুদি অসিগুম্বা ভূতশিংদা তোংঙাল তোং-ঙানবা জ্ঞাণ লৈতে। মরম অহুগা মথোইগী মমাংদসু জ্ঞাণ লৈবহু ওইবা ঙমদে। হাইবা য়াই মহুদি "কানা থোকপা মচু" গুম্বু, মনা, সুপারী মসিগী তোংঙান তোংঙানবা শরুক্কা অঙাংবা

মচু ওইদে ; ভৌইগুম্বসুং পুম্নমক্না ভিনশিন্নগা অদুগুম্বা অঙাংবা মচু ওই, অদুগা চিনি, আটা, মখৈ মরোংনচিংবা অদিদা ভোংঙান—ভোংঙানবা মহাও লৈত্রবসু মখোই পুম্নমক্ ভিন্নবগা পুম্নমকগী মহাও থোক্লকই. মতৌ অদুগুম্না পৃথীনচিংবা পঞ্চ-মহাভুতকী ভিন্নবনা হকচাংদসু মশাগী "নিংশিংবা" জীবাত্মা পোকলকই। মরম অদুনা হকচাংদগী ভোংঙানবা করিগুম্বা জীবাত্মাগী যানিংলবদু ওইদে। গুলাবকী মরূদা অদুগুম্বা গুলাবকী মখৈ, মউ, মকু, মশা-মরোং, মনা, লৈ, তিংথং অমসুং মহৈ মপালদা লৈরিবা নিংথৗরবা মনম পোকনবগী পাঙ্গল লৈ. মসিগুমদুনা ইমা-ইপাগী রজ বীর্যদা লৈরগা খোংনচিংলবা হকচাং, জ্ঞানইন্দ্রি, মন, বুদ্ধি প্রাণ অমসুং আত্মাবু পোক-লরবগী পাঙ্গলনি। মরম অদুনা ভোংঙানবা চৈতন্য আত্মাবু থংনবা পাঙ্গল লৈতে। ভৌইগুম্বসুং মখোই পুম্নমক অসিগী অচুম্বা পাউখুমদি অসিনি অগুম্বা থাজরবদা "ভৌরকপা মাং-খিবা" অমসুং "লোইনরক্কবা থবকপু নিংশিংবা" অসি পোকলগা ফংই। মরু ওইবদি মসিনি হকচাং খুদিংমক্ মমা-মপাগী রজ-বীর্যদগী অনোবা নিংশিংবা ঙমলকলবদা. পোকলকলিবা মীওই-বনা পোকপদগী অদুগুম্বা অয়া-নুংঙাই ফংই, অদুগুম্বা অৱা নুংঙাইবগী মরম করিনো ?

মরমদি আত্মানা গুলাব লৈগী মতৌগুম্না ইমা-ইপাগী রজ বীর্যদগী নৌনা পোকই। মহাকনা অহানবনা করিগুম্বা থবক অমগা ভৌরকলমগ্রবদি করম্বা কর্মগী ফল ফংগনি ?

মসিবু "লাইনরক্কবা তৌরকপা থবক নিংশিংবা" কৌই। অকানবদা করিগুম্বা কর্ম তৌরক্কবা অমস্তুং পোকপদগী হোৎনা অরা-মুংদাই ভোগ অসি তৌকম থোক্কে মাস নত্তনা করিগুম্বা লৈরবগী পাঙ্গল অদু লৈবা ওইরোই মতম অদুদা আত্মানা হকচাংগা লোইননা শিথিগনি অমস্তুং অসিগুম্বা হকচাংগা লোই-নহনা আত্মানা চাকথিগনি মসিদা হকচাংগী মশক ওইরিবী আত্মানা পুন্সি লোইগা ফাওবা অসিগুম্বা অক-কত্ত কর্ম তৌবা, মহাক্কী মহৈবু ভোগ তৌনবা কনাগুম্বা অভোম্বা লৈরোই। "ভোজবা থবক মাংবগী দোষ" কৌই। হকচাং, ইন্দ্রি, পুরিং, রাথল অসিনচিংবদা তোঙানবা লৈকম অমগী নিংশিংববু আত্মানা তৌরবদি অসিগুম্বা অনি অসিগী দোষগী (থীংনবা) লাম্বা চৎথিনবা করিগুম্বা অমনম্তু ওইরোই। পুন্সি খুদিংমক্তা মীওই-বশিংনা তৌথিবা থবক পুম্নমক অরেম্বদা মাংথি অমস্তুং পোকপদগী হোৎনা তৌরুবা নত্তবা কর্মাশংগা ফল চাবা তারকই অসিগুম্বা দোষ অনিশগী কংকম থোকপন্থু মতমন্থুদা ওইরকই, মতম অদুদা হকচাং, পুক্রিং, রাথল অসিনচিংবগী তোংঙানবা লৈকম অমা আত্মানা লৌই অমস্তুং মহাক্কী হন্না পোকপন্থু প্রমাণ ওই। হন্না পোকপগী ইকায়খুম্নবগী মশক ওইনা মমাং মমাংদা পোকুখিবগী ফল অদু চপ চানা পোকপদা ভোগ লৌগনি অমস্তুং তৌরক্কবা কর্মগী ফল ভোগ কংলোই-মতৌ অম্বুম্না চিংনবা খুদিংমক্কী অচুম্বা ওই। মরম অদুনা তোংঙানবা আত্মা, জীবগী পাঙ্গল অমস্তুং অমুক হন্না পোকপগী অচুম্বা অহবু য়াকম থোকপনি

হন্না পোকপগী তুংনফম অসি কর্মনি। মতুংগী মহৈ অহু চানবগীদমক্তু অমুক হন্না পোকপা তারকই। অতোপ্পা কনাগুম্বা নাপল তৌবা অমদি অশা চাওবশিংগী মতনা হাইরি মহুদি মীওইবগী যোনিদা পোক্কবগী তুংদা আত্মানা অতোপ্পা যোনিশিংদা চংতে। বাক্তাং অসি অশেংবমক ভারতকী দর্শণ, ধর্মশাস্ত্র অমসুং বেদ শাস্ত্রগী মফমদনি। কর্মগী ফল ভোগ তৌরবগীদমক মীওইবনা পোকপগী তুংদা করিগুম্বা যোনিদা আত্মা চংবা ঙমত্রা। অশেংবমক অসিগুম্বা বাশিং অসিদা করিগুম্বা মত অমদি মীওইবগী হেন্না থনবগী বাখল অহু অর্থ লৈতে। ধর্মশাস্ত্র অমসুং দর্শণ শাস্ত্রদা অচুম্বা ওইনা পীরিবশিং অসিগা মরি লৈনন ইকায় খুম্নবা পামই। মিহৌগনবা অহুগুম্বা মহাসিদ্ধ যোগীশিংসু কর্মগী মতুং ইন্না শক্তিগী মপোক্কা পোকপা তারম্মী। মতুং অসিদা করম্না কদাইদা চংলি, মহুদি মীওইবা মপোক ফংলবগী তুংদা জীবনা অতোপ্পা করিগুম্বা যোনিদা পোক্কবরা? শাস্ত্রশিংদা অহুম্না মশিং লাকহমত্রবা খুদম পীরি। মীওইবগী যোনিদি ভোক্তনা, থাক্লৈশেংবা ইন্দ্রগী পদ ফংলবদসু নহুষনা লিল ওইবা তাখি। করোয় কায়ামুক্তা নত্তবা, থাক্লৈশেংবমক্তু পৃথিবিদা অমুক্তু য়াম্না লৈতোই মকুপ লৈরিবা, নোংজু পানথাগী মরিক অমসুং মীওইবগী অশুক য়াম্বা তু লৈরিবা (হৌরিবা) অহক য়াম্না যণবীশিংবু দান তৌরবা নিংথৌ নৃগনা লৈথা ভাবা তাখি।

ঐখোইগী শাগৈ-নাতৈ কুইনগী মরূপ নত্তে। তৌইশুম্বসুং অমুক পোকপগীদমক চাওরাক্লা মহাক্কী মরী লৈনবদনি। শুপ্লগী পতিব্রতা ওইবী নিপীনা অনিশুবা মপোক্কা (করৈং-মুক্কী) অমুক হন্না মপুন্নোইবগী সেবা কংই। অসিগা মরি লৈনবা পুন্নমক চাওরাক্লা মপোক অমগীনি। ভগবান শংকরাচার্য্যনা সংসারগী বৈরাগ্যগী পাউতাক পীহুনা হাই মহুদি— মপোক অসিগী ইমা, ইপা, ইচা, ইশু, নিপী, মরূপ অসিনচিংবা অরাবদা মাংপ্রে মীওইবশিংনা থনবীগনি, মহুদি মসিদগী অহানবদা কয়ারক হন্না পোকপ্রে হাইবহু ঐনা খংবা শুমদে, অহুশুম্বা মপোক্কীসু ইমা, ইপা, মরী, মরূপ, মপাং মরী লৈনবা পুন্নমক লৈরম্মী; তৌইশুম্বসুং শুসিদি মখোই অহু কদাইদনো অমসুং ঐনা কদাইদা লৈ? সংসারগী মরী-মঙা পুন্নমক মসিশা চপ্‌ মান্নবা মওংনি, প্রমাণ অমদা সমুদ্রদা ঈচেলগী মতুং ইননা ভাওথরকপা উত্তেক্‌ অনিনা নত্রগা কৌশিং কৌয়াংশিংনা করি-শুম্বদা অমনা অমবু কংই (ভিন্নৈ) অহুগা অমুক্‌ অকনবা ঈচেল অমদগী মহৈ-মহৈ কাইনখিহুনা অচেলবা ঈচেলদা তোংঙাল ওইখি, মতুং অহুদি মগুদা কাওবা অমুক হন্না শিন্নগনি হাইবগী আশা লৈতে। চাওরাক্লা শাস্ত্র পুন্নমক, সাধু মহাত্মাশিংনা সংসারগী মরি লৈনবা মরমদা অস্মুম্না মত পীরি। করি-করি-শুম্বা অনোবা লাইবক্কী মতুং ইন্না অমুক্তগী হেন্না করারক পোকপগী মরি পুমনমক্‌ নিংথীনা লৈহল্লি, তৌইশুম্বসুং মখোইহুবু

কহুবনি হাইনা লৌই। (হন্দক্কী মপোকতা কংবা ওইদবা শম্পত্তিশিংবু)।

যুক্তি অমসুং তর্কনা করিগুম্বদা পাপ পুণ্য অমদি অকবা-কহুবগী মশক থংই. অদুগা থংসু থংদে। অসিগুম্বা পাপ পুণ্যনা ত্রৈখোইগী রাখলগী পুক্নিংদা শোইদনমক চেনশিনবা অমসুং থুদম ওই। খোইদোক্না হাইরুব্রবসু, মহাক্কী মতুং ইন্না রাখলনা পুক্নিংবু লৈমন চলহল্লী। অদুগুম্বা মপোক্কা তৌখিবা কর্মশিংহু হন্দক্কী মপোক্কা কংই। মহাত্মা ওইরবা মীশিংনা রাম্বী অমা লিনরম্মী "যাম্না এনাক-কৈরাক থুনবা মী অমা করিগুম্বা মহাত্মা অমগী ভক্ত ওইরম্মী। মুমিৎ থুদিংগী মীগী দর্শনগীদমক চৎখোক চৎশিন্ মহাক্কী ভিক্ষা ফিনচিংবা পুম্নমক পুনশিনবা থমজিনবা অশিনা মাগী নিতৌগী থবক ওইরম্মী। মহাত্মাজি অসিগী নাকল অমদসু এনাক থুনবা ভক্ত অমা লৈরম্মী। ঈশ্বরগী ভক্ত অমনি, মত্তোন্দগীসু মহাক্না মতম মতমগী পুজা-মুংজাগী পোৎ চৈসু কংলম্মী তপ্না-তপ্না মহাত্মাগী মখুত্তা চাও-রাক্না লুপা লাখ অমদি তুংশিল্লে। মহাক্কী মকমদা থ্বাইদগী হেন্না থাজবা ভক্তিগা লোইননা উৎলবা অমগুম্বা এনাক থুনবা লিপা অদুদা থাজহুনা মহাত্মা অদুনা লুপা লাখ অমদু মাগী মখুত্তা শিন্নরে। মতম থরগী তুংদা মহাত্মাগী রাখল অদু আশ্রম শারবা লেপ্লকলে। সেঠজী অদুদগী মহাক্কী লুপা অদু ভাল্লকলে। মহাক্না মতম অদুদা মাগী অরেপ্পা পুক্নিং অদু হোংখ্রে। মহাক্না হাইরকই- "করম্বা লুপা? কৈদৌঙৈ পীরম্বা? নংগুম্বা চাকনিবা

কৌপিল শেংপা নংঙোম্দা কদাইদগী লুপা লাখ অমা ? অরংগুম্বা অরেপ্পা লৈত্রবা ওইদবা বাঙাংড়ু তারগা মহাত্মাগী থম্মোইগী পাগল লৈরমদে অমসুং খুদক অতুমক্তদা মাগী অরোইবা পুন্সি ফংলে। শোমদা সেঠজী অতুগী মচা অমশু লৈরমদে। সেঠজী অতুনা থোকথ্রিবা পুন্নমক কাওখরে; তৌইগুম্বসুং থা-তরাগী মন্নুংদা মাগী মচা নিপা অমা পোকলে। অসিগুম্নবা লন থুমনা থম্নবা অমদি অহল ওইরবা মতম অসিদা অঙাং পোকলে, করিগুম্বদস্থ মানা অঙাং পোকপগী বাধস লৈরমদবনি। পোকপা সুমিৎতগী হৌদুনা ন্নুংঙাইবা অস্থদা পৈশানা ঈাশংগী মতৌগুম্বা শিজন্নরে। অসিগুম্নবা ন্নুংশিরবা অঙাংবু য়োকথংলকপদগী হৌদুনা খর্চ-কয়ানা শাগ্নবা পোং-১০ কয়াদগী হৌদুনা পৈশাদনা যোমদুনা লাকই পাখং ওইরক্ক'দা মতম-মতমগী থেংনরকপা খুদিংমক্তা পৈশাগীদমক্ত চিংনবা লৈরমদে। অহানবা মতমদা মগাবু মসিগী মরমদা থোইদোক্না তাক খোংলমদে। অয়ুক—ন্নুংদাং থাক্তনা লাইরিক-লাইশু তৌরিবনি হাইদুনা মমাম্ববশিংগা মতম উর ইদুনা লৈরম্মী, মসিনা মাগী মথৌ ওইরে। মতৌ অশুম তৌদুনা মতম পুম্নমক হৌখে, মপাগী অাাবা কয়াগী চিন্তা হেনগৎলকলে। মতুং অদুনা মপা অদুনা করিগুম্বদস্থ হিশাব পাশাব তৌরুদে, মচানা খর্চ কয়া তৌখে নত্রগা লুপা কয়া উরাইদুনা মাংহনখে। মথং মনাও ওইনা অরাবা ওইরকলে।

নোংমগী ন্নুমিৎ অমদা মচানিপানা য়াম্না চাওরবা থৌরাং অমা তৌরম্মী। মহাক্না ন্নুংশিরবা মরুপ মপাং মরিমতা, মরুপ-

মপাং পুম্নমক্কী পুক্লিংনা পাম্বা চান থকুবা কিরোলনচিংবা কত্তুনা মখোই পুম্নমকপু ইকায় খুমনৈ। হাইরিবা পুম্নমক অসিগী পেন্নবা তৌরবগী দেভুা মশামক্তা মুংশিনা তিম্নজবা মরুপ-মপাংগা লোইননা চা-থকলে। মখোই পুম্নমকপু বিদায় তৌহনা কাইনপ্রগা তূম্বা মতমদা মহাক্না থল্লম্মী মহুদি "ঐ-কা চাগ্রি হাইনা।"

মতম অহুদা নৌকরদা কা পোররুবা হাইরকই। অগুাং অহু কা অত্ন চারগা তুমখে কৌগংখিগ্রে। য়াম্না কপ্ন-লাওনরবগী তুং (মকপ-মপাং পুম্নমকু কাইনথবগী তুং) সেঠজী অদুনা যাম্না পুক্লিং ইংনা নৈরে মওদা মুনীম শুমাস্তানা মতম অহুদা হিসাব উংলম্মী মহুদি—নচানা চাবগী হিসাবতা কাদদা লুপা লাখ অমগী শেনফম লোইরে।" মসিদগী অদোমনা পাম্নীবা ১ওংদা পাউতাক পীনবীয়ু।

পুক্সিদা শান্তি হাইবসি ভগবত প্রাপ্তিদনা ওই অমসুং ভগবতপ্রাপ্তি নিস্কাম কর্মনা মরম ওইহনা থম্মোয়গী শেংদোকপা, উপাসনানা মরম ওইহনা থম্মোয়গী অমত্তা ওইবা অমদি রাখলনা মরম ওইহনা নত্তবা রাখলবু মাংহন্নবদা ওইবা গুম্মী। পুকনিংনা ভগবানবু অশেংবমক ওইহনগনি। পুক্লিংগী ফত্তবা, লেপ্তবা, অমসুং ফত্তবা লমচৎ, দোষ অছমসিনি। অহানবগী দোষনা পুক্লিংগী "অমোংপা" অসিনি, মসিগী মরমদি জন্ম—জন্মান্তর, যুগ—যুগান্তর, কল্প-কল্পান্তরদা তৌরিবা অফবা-ফত্তবা

কর্মগী বাসনা। কত্তবা কিবু শাবন নত্রগা গুধানা শুদোক্লবদা অহুম্না মাগী কত্তবা মগুণ লাকই, মতৌ অসুম তৌহনা পুক্লিংগী অমোংপা সংস্কারশিংবু শুদোক্লবগীদমক্ শাস্ত্রনা তাকইবা নিষ্কাম কর্মবু তৌকম থোকপনি। পুক্লিংগী অনিশুবা দোষনা—"লেগুবা" অমদি থম্মোয়গী অরেপ্পা লৈতবা (চঞ্চল) ওইবা। মসিদগী লাপ্পা তাম্থোক্লবা অমত্তা ঙাইরবা উপায়—ভগবানগী ভক্তি। অনিশুবা শব্দদা ভগবানদা প্রেম। প্রেম্না অসিগুম্না পোক্তগী পোকই, মতোন্দা রূপ অমসুং গুণশিংগী জ্ঞাণ ওইরবা। সংসারগী পোৎ পুম্নমক্তা মাগী রূপ অমসুং গুণগী জ্ঞাণ লৈরক্লবদা প্রেম পোকই; মতৌ অগুম্না ভগবান্দা প্রেম পোক্লক্লবগীদমক্ ভগবানগী রূপ অমসুং গুণগী জ্ঞান চংই অমসুং ভগবাদরূপ অমদি গুণশিংগী জ্ঞাণনা সাধননি—ইতিহাস পুরাণনা মরম ওইহনা ভগবানগী শেংলবা লমচৎ-শাজৎপু তাবা অমদি পাবা। ভগবানগী চরিত্রবু অহুক্তা মতিক্ তাবা অমদি পাগনি, অহুক্তা মতিক ভগবানদা প্রেম থমগনি। অগুমনা প্রেম হেন্না লৈরকলগা, অগুম-অগুম্ ভগবানদা পুকনিংসু থম লক্কনি। নিপী ইচানচিংবদসু প্রেম য়াম্না পোক্লনা পুক্লিং চংই অমসুং প্রেম হেননবগী উপায়—মহুদা প্রেম ওইবা, মহুদা রূপ অমসুং গুণশিংগী জ্ঞাণ ওইগনি। মরম অহুনা রামায়ণ মহাভারত অসিনচিংবা ইতিহাস অমদি গুণশিংবু তাবা অমদি পাবদগী ভগবানগী রূপ অমসুং গুণশিংগী জ্ঞাণবু অহানবদা হৌকম থোকপনি। মসি নত্তনা ভগবদভক্তি ওইবা য়াদে অমসুং

ভগবদভক্তি নত্তনা থশোয়গী অরেপ্পা লৈতববু ফংলবা ঙমদে। অশিগুম্বা সাধনসিনা থম্মোয় অমত্তা ওইরবদা অতপ্পা পুক্কিং বিষয়সিংগী ফংবা মুংঙাইবা 'ওইরকই। মতুংদা অরা-মুংঙাই অরাম-খোরাংবা অমসুং অয়িং-অশাবু থাংবা ঙম্বগী শক্তি অচু ফংই। মথং মনাও ওইনা গুরু অমসুং শাস্ত্রগী বাহৈশিংদা অপেনবা থাজবা পোকলকই, মচুদগী থম্মোয়গী অচুম্বচু ওই-রক্লবদা মোক্ষগী রাখল লাকই। মতুংদা ভাবা, পুক্কিং চুম্বা অমসুং নিংজবা ধ্যাপনা মরম ওইদুনা ভগবানগী অশেংবা মপক থংলগা অচুম্বা শান্তিবু ফংবা ঙম্মৌ। মসি জীবনগী লক্ষ্যনি। (জগদগুরু শ্রীশঙ্করাচার্য্য স্বামীজী, শ্রীনিরঞ্জন দেবতীর্থ্জী মহারাজ)

## " জীবন অমসুং মৃত্যুগী রহস্য "

জীবন অমসুং মৃত্যু—হাইবা শব্দ অনি অসি সংস্কৃত লোননি অমদি মহৈ মহৈ পরস্পর বিরোধ ওইবা বাহৈনি। জীব, থরাই পুরিবা ধাতুদা "জীবন" হাইবা শব্দ অমসুং মৃত, থরাই থাবোদগী "মৃত্যু" শব্দ পোক্লকপা ওই। থরাই পুবগা

থরাই থাবগা মতম পুম্বদা ওন্থোকই। মসিগী অচুম্বদি মতম অহুদা প্রাণ-বায়ুগী মওং অসি নাত্তোনগী অহোবা মথুম্না ওইরুনা লৈ. মতম অহু কাত্তবা "জীবণ" অমসুং মতম অহুদা প্রাণ বায়ুনা নাত্তোনগী অহোবদা চংথোক-চংশিন (হোনদোক-হোনজিন) লেপ্লবা. মতম অদো "মৃত্যু" হাইবা রাহৈ অসি কোংদোকই। অসিগুম্বা প্রাণ-বায়ুগী ধারণ (পূবা) অমসুং প্রাণ বায়ুগী পরিত্যাগ (থাদোকপা) অসিনা মরম ওইদুনা অহুগুম্বা জীবন অমসুং মরন (হিংবা অমসুং শিবা) হাইরিবা থুদম অসি শেম্মী, মশি হকচাংগী অমদি হকচাংদা লৈনবগী জীবগী মওং গুম্নগী মুংশিংকৌ?

জীবন অমসুং মৃত্যুগী খংহনবনা হকচাংগী মর্রী থম্মী। অমদি অহুকী মথে হকচাংদা প্রাণ-বায়ুগী সনচার লৈরীবা, অহু কত্তবা মিংকৌ অমম্বা; নাকোংনা তাবা অমসুং বাহৈনা কোং-দোকপানসু "জীবিত" হাইর্বাস খংহল্লি। মতম অহুদা প্রাণ-বায়ুগী মর্রানা হকচাংদগী থোকই, মহুদা ইন্দ্রি পুম্নমক্কগী মুংশিং-না লৈত্রবসু "মৃত" হাইনা খংনৈ। মরম অহুদগী প্রাণবু খ্বাই-দগী অথোইবনি হাইনা লৌই। যোহবৈ জ্যেষ্ঠংচ শ্রেষ্ঠং চ বেদ, জ্যেষ্ঠশ্চ হবৈ শ্রেহশ্চ ভবতি। প্রাণো বাব জ্যেষ্ঠশ্চ শ্রেষ্ঠশ্চ। (ছার উপ: ৫/১/১) অসিগুম্বা অধ্যায়দা প্রাণবু পুম্নমক্কী অথোইবনি হাইনা হাইপ্রে— তেহ প্রাণঃ প্রজাপতিং পিতর মেত্যোচুঃ, ভগবণ। কো নঃ শ্রেষ্ঠঃ ইতি। তান্ হোবাচ-যস্মিন্ ব উতক্রান্তো শরীরং পাপিঠতরমিব দৃশ্তেতস বঃ

শ্রেষ্ঠঃ" (ছাঃ উপঃ ৫/১'৭) "প্রজাপতিগী নাক্তা চৎলগা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্না লোইননা প্রাণনা হাই— "ভগবন! ঐখোই পুম্নমক্কী কনানা লেনবগে? প্রজাপতি ভগবাননা চুম্না পাউখুম পী মহুদি "মহাক্না থোকথ্রবদা অহুশুম্বা হকচাংনা কুইনা লৈনবদমক অরাবা ওইদরবা মহুৎ পুম্নমক্কী অচৌবনি।" প্রজাপতীগী অসিগুম্বা বা অদিদা থাজদনা পুম্নমক্কী অহানবদা খোঙ্খোক্কী ইন্দ্রিয়না হকচাংবু থাদোকলে' তৌইগুম্বসুং হকচাংগী শুপ্রগী চাংনবগী পাঙ্গল থাদোক্লগা অমদি করিগুম্বা অমাংবা অমত্তা লৈতে। মমাংলৈগী মতৌগুম্বা তাবা, য়েংবা অমসুং জ্ঞাণ পুম্নমক থংহনা অহুম লৈ। মতৌ অশুম তৌদুনা মথং-মথং ওইনা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্না হকচাংবু থাদোক্লুনা পরিক্ষা তৌই মহুদি ঐখোইনা হকচাংদা লৈত্রবদা হকচাংনা হিংহুনা লৈগদ্রা হাইনা? তৌইগুম্বসুং ইন্দ্রিশিংনা থোকথ্রবদা প্রাণ বায়ুনা লৈবনা "জীবিত" ওইবা অধ্যায়দা মশিং অহু ওই "মৃত" ওইদে। মরম অদুনা অসিগুম্বা হকচাংবু থাদোক্লগা প্রাণনা থোকনবগী মতম লাকলে। ইন্দ্রিয় পুম্নমকনা লাংতকনয়ে অমসুং প্রার্থনা তৌরকলে—"ভগবন্! এধি ত্বংনঃ শ্রেষ্ঠোঽসি, মোতক্রমীরিতি।" (৫/১/১২) মতৌ অশুম্না প্রাণগী মকম্না হকচাংদা পুম্নমক্কী অরাংবনি।

বৌজিক রাখল অসি তৌরি মহুদি "প্রাণ পরিত্যাগনা হকচাংগী মৃত্যুরা অমসুং প্রাণনা লৈনা-লৈনা হীংবা, করে, (য়ারে)। অশুক য়াম্না চুম্বা অমসুং তত্ত্ব ওইরবা অমদি জীবন

মরমনগী অতোপ্পা ফত্তবা পাউত্তাকস্থ করিগুম্বা অচুম্বা নৈত্রা ?" মসিগা মরী লৈননা নাস্তিক্ অমস্যুং আস্তিক্ মথল অনিগী কাংবু অমা লাকলে। "নাস্তিক'না হাইরকই মহাক্‌দি" পৃথিবীন-চিংবা পঞ্চভুতকী অতুম-অতুমগুম্বা মাত্রাগী মতুং ইন্না তিঙ্গরবা শক্তি অমা পোকই, মসিদগী হকচাংদা জ্ঞানচিংবা লৈহুনা জীবনা লৈ-রীবনি। অসিগুম্বা তত্ত্ব মওঙাপী শরুক্ অমদি লৈকম অতুদগী তোংঙানথিবনা মৃত্যুনি। মরম অতুদগী হকচাংদা মমাংগী করিগুবা জীবগী তত্ত্ব লৌশিং লৈবা হাইবা মমিংহুগী মথলগী ভুংনকম শরুক অদু সিদ্ধ-ওইদে অমদি সিত্রিহৈদগী অগুম্বা হকচাংগা মন্নি লৈননা থম্নবা অচুম্বা মফম্ লোক - লোকান্তর নত্রগা করিগুম্বা রূপান্তরদা ভুংহুনা লৈ, মহাক্‌দা হকচাংনচিংবগী তৌথিবা অফবা-ফত্তবা কর্মশিংগী ফল অদু ভোগ তৌই, মরম অদুনা মুংঙাইবনা মরম ওইহুনা অসিগুম্বা শরীররূপী ওইরবা আত্মাবু করিগুম্বা প্রকৃতীনা মরম ওইহুনা শেম্বনি হাইনা লৌহুনা অমস্যুং মুংঙাইবগা লোইননা পুন্নি লেম্ল, ।
"ভস্মী ভুতস্য দেহস্য পুনরাগমণং কুতঃ। ঋনং কৃত্বা ঘৃতং পিবেত।" অসিনচিংবদিনা মশিং পন্নি।" অগুম্বা লৈবদিগী মতুং ইন্না হকচাংগী পোকপা অদিনা "কামাসক্ত" পেনবা লৈত্রবা নিপী নিপাগী মহৈ-মহৈ হকচাংবু চিংলকপগী থুদম নত্তনা অতোপ্পা অমতস্থ লৈতে। অতুম তৌহুনা বাথল লৈবগীদি থবক্ অসিদা পেনহুনা মতম পুম্নমক্তা মান্ননা লৈ।

মৌখিক "আস্তিক" কাংবু লাকলে। মখোইনা নাস্তিকী মতিকচাবা অনিংবা অদুগী প্রমানচাবা থাহেশিংহু কৈগু লৈতনা হাইদোকলে মহুদি—"মতম অসিদা হকচাংগী পোকপা (জীবন) অমসুং মাংবা (মৃত্যু)গী কয়িগুম্বা মরু ওইবা লৈতে, মসিদা মীওইবঃ পুম্নমক্কী মাম্নবা মশক, মাম্নবা হকচাং, মাম্নবা পুক্নি অমসুং লাকইবা অহুবু ভোগ ভৌবনি। অমম্বগী করি মন্নমনো?" মাম্নবা মশক্কী মথৌদা নাস্তিকনা মসি হাইদুনা মফি লৌথোকপা পামলী (সুংঙাইরি) মহুদি :"কয়িগুম্বা দেশগী হন্না সুংশিং, চাবা-থকপা অমসুং যুমলৈ কৈরেগী মতুংইম্না শেম শাবগী মতুং ইম্না শক, পুক্নি অমসুং মওং লৌই।" ভৌইগুম্বসুং ঐনা হংলি মহুদি পোকপদগী হিংভাংবা, পোকপদগী লোল খোঙবা অমসুং পোক্নকপদা করিগী য়াওরকইবনো? মতম অসিদা চাইরবদি মীগী মমা-মপাগী ফত্তবা ভিল অমসুং ইংগী মরম্নি, মসিদা হংবা য়াই মহুদি মসিদা অহানবগী অমসুং মতুংগী মচাদা অসিগুম্বা মওংগী ইন্দ্রিয়গী দোষ লৈত্রবদি ইংগী ভিলশিংগী ফত্তবা ইঃ কদাইদগী লৈগনি? মরম অদুনা মসি শোইদনা লৌগনি মহুদি ঐখোইগী জীবন-মৃত্যুগী লোইনবা নত্তবা শুপ্নগী থবাইগা ভিন্নবনি, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পসু মথল কয়াগী ভত্ত লৈ, মদো থবাইগী লোইনরকপা লমচৎ অমদি থবাইগী চৎ-থোক-চৎশিনগীনি অদুগুম্বা ভত্তনা হল্লকপা অসিগুম্বা হকচাংবু লৌরে, মতৌ অগুম্না হকচাংনা লোইবা ফাওবগী চৎথরকপসিনা ঙাকপসু ওই। মতুদগী অসিগুম্বা ভুলোকতা হকচাংনচিংবসি

লৈ, মতৌ অশুম তৌদ্রুনা লোক অসিদা দেহান্তর অমস্তুং লোকান্তরদা শরীরান্তর ফংনবগী মতিক চাবস্তু লৈ।

চৈতন্যং যদধিষ্ঠানং লিঙ্গদেহশ্চ যঃ পুনঃ।
চিচ্ছায়া লিঙ্গদেহস্থা তত্‌সংঘো জীব উচ্যতে ॥
(পঞ্চদশী ৪ ৬:১১)

মসিগী মতুং ইন্না লিঙ্গশরীর ওইরবা হকচাংগী কল্পনা অসি ভুতশিংগী ভুংনকম্ চৈতন্য অধিষ্ঠান, লিঙ্গশরীর জ্ঞাণ-ইন্দ্রি মঙ্গা, কর্ম ইন্দ্রি মঙ্গা, থবাই মঙ্গা পুক্লিং অমস্তুং বাখল অসিগুম্বা তত্ত্ব তরাতরেৎ অমদি অসিগুম্বা তত্ত্ব তরা তরেৎতা তারবা পরব্রহ্মাগী মরমদা তম্বা—অদুগুম্বা "জীব" হাইবা বাহৈদা লৌই। মরম অদুনা অসিগুম্বা তত্ত্ব তরাতরেৎকী মওং ওইবা জীবনা কর্মগী মতুং ইন্না হকচাংগী মগুংদা হন্নং-হন্না চৎতুনা লৈ। মতৌ অশুম্না চৈতন্য,গী লৈকম, লিঙ্গদেহ অমস্তুং চিদাভাস মখোই অসি কৈদৌঙৈদস্তু শিবা লৈতে অদুগা করি-গুম্বদস্তু পোক্তে। মতুদগী হকচাংবু লৌবনা "জন্ম" অমস্তুং অদুগুম্বা হকচাংবু থাদোকপনা "মৃত্যু" হাইনা লৌই। মরম অদুনা গীতাদা :—

বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায়
নবানি গৃহ্ণাতি নরোঽপরাণি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণা-
ন্যন্যানি সংযাতি নবানি দেহী ॥
(২।২২)

মশুম্না হাইখ্রে। মতৌ অশুম্না মীওইবনা অমনবা ফিবু লৌথোক্লগা অনৌবা ফি শেৎলি, অদুগুম্না জীব অসিনসু অহল ওইরবা (মল্লবা) হকচাংবু থাথোক্লগা অনৌবা হকচাং লৌই।" অমনবা ফি হন্দোকপা অমসুং লৌবদসু অচুম্বা মরম ওই। করিগুম্বা উতসব অমদি অতোপ্পা মরমগী ফিগী থেন্নবা মওংনা মীওইবনা লৌই.। অচুম্বা ওইনা মওং অদুগুম্না কর্মগী অচুম্বা মরম্না হকচাংগী থাদোকপা অমসুং লৌবা হাইবসিগী মরমনি। মসিগীদমক্ ছান্দোগ্যোপনিষদ (৬/৮/৪) দা "সন্মূলাং সৌভ্যঃ সর্বাঃ প্রজাঃ সদাযতনাঃ সতপ্রতিষ্ঠাঃ "হাইদুনা ফোংদোকখ্রে মদুদি "হে সৌভৎ। অসিগুম্বা সংসার পূম্নমক্কী মরূশি অরেপ্পা অচুম্বনি অমসুং প্রজা পূম্নমক্কী অমত্তা ঙাইরবা লম্বীনি অমসুং প্রজা পূম্বগী অচুম্বদা লেংদনা লৈ। মশিগুম্না হকচাংদগী তোংঙানবা, প্রাণদগী তোংঙানবা অমদি ইন্দ্রিয়গ্রামদগী তোংঙানবা তত্ত্বনি, মসিদা হকচাংগী অরোইবদা চৎথোক-চৎশিন তৌই অমসুং মদুগী জীবণ অমদি মৃত্যু হাইবা অমা পাঙ্গল অনিনি। (লম্বী অনিগী পাঙ্গলনি)।

মসি অরেপ্পা অচম্বা অমসুং অরাইবা বানি। তৌইগুম্বসুং মসিদগী চৎথরকলগা য়াম্না অথোইবা থম্ননিংঙাই বাদি মমৈদা তত্ত্ব অদু, মমাংদা পোৎ অছমগা তিমৈ, মদু করম্না মীওইবা অমসুং নিপীগী ইঃদা থুংইবা, কদাইদা চৎলি, কমদৌনা চৎলিনচিংবা। মসি য়াম্না লুরবা বাকম অমনি। অসিগুম্বা বাকম

অসিবু মিৎয়েংগী মাংদা থমহনা শ্বেতাশ্বতর উপনিষদকী অহানবদা ইরি :—

কিং কারণং ব্রহ্ম কুত: স্ম জাতা
জীবাম কেণ ক চ সম্প্রতিষ্ঠাঃ।
অধিষ্ঠীতাঃ কেণ সুখেতরেষু
বর্তামহে ব্রহ্মবিদো ব্যবস্থাম্ ॥

(শ্বে: অ: ১।১)

মসিগী পাউখুম পীবগা লোইননা অহানবদা ইরি :— "কাল, স্বভাব, নিয়তি যদৃচ্ছা, ভূত অসিনচিংবা আত্ম-সংযোগনা হকচাংগী মরম ওই, শুপ্নগী আত্মানা মসিগী মরীদা কারণ নত্তে" মহৃদি পোকপনচিংবা হকচাংগী মরু শেম্বগী মকমদা শুপনগী বীজনা কারণ নত্তে, শুপনগী ভূমি অমসুং শুপনগী লোখোইবনা নত্তে—মরু, লৈপাক, লৌউবা, ঈশিং—মুংশিং পুম্নমক ভিন্নরগা (মাম্নবা পুন্নগা) হকচাংগী মরু ওইরকপগী কারণ শেম্মী, য়াম্না চুম্না মতৌ অসিগুম্না লৈংলি - পাল্লিবা পুম্নমক ঈশিংনা মরম ওইদুনা শুক্র-শোনিতনা লৈংলি-পাল্লিবা পুম্নমকপু শেম্নকলগা জীবন্থু অহুম অহুমগুম্বা পোৎশিংনা মরম ওইদুনা মখোইদা হাই-হুম্বা ওইদুনা জীবণ মরনগী চক্রদা তারে। অসিগুম্বা অচৌবা চক্র অসিদগী নাস্থোকনবগীদমক্ জপ, তপ, ধ্যাণ অমসুং সামাধিগী বিধান অহু শাস্ত্রশিংদা হাইরি। অদুগুম্বা লাইগী মশক ওইরবা আত্মা অমদি ব্রহ্মপদ কংগদবা অহু মিয়াংনা কাজিলবগুমনা মহাক্না পোকলকপনা মরম ওইদুনা অপাম্বা পোৎশিংনা মহাকপু কাজিল্লি। য়ামনা চুমনা

মতৌ অশুম তৌদ্রনা আত্মারূপী ওইরবা মপাঙ্গল লৈরবা সাইনা মহাক্কী মপাঙ্গলদগী পোকইবা পোংশিনা মাবু কাক্তিল্লি। মহাক্কী মপাঙ্গলদগী পোকইবা পোংশিনা মাবু কাক্তিল্লি।
মহুদি : –

যস্তূর্ণনাভ ইব তন্তুভিঃ প্রধানজৈঃ স্বভাবতঃ। দেব
একঃ স্বমাবৃনোতি, স নো দধাতু ব্রহ্মাব্যয়ম্।

( শ্বেতাশ্বতরঃ (৬ | ১০ )

অসিগুম্বা রা অসিদু য়াম্না অশেংবা ওইনা কোষীতকি ব্রাহ্মণোপনিষদতা ইরি মহুদি— "মীওইবনা অসিগুম্বা সংসার অসি থাদোক্রমলগা চংপা মতমদা অহানবদা চন্দ্রমাদা থুংই। মতম অদুদা অদুগুম্বা জীবগী কর্মনা য়াম্না থুনা জন্ম লৌনবগী মতিক চাবা ওইরে মহুদা মহাক্না নোংনা মরম ওইহনা লৈবাক মথক্তা লাকই অমস্যুং মসিগুম্বা হকচাংগী মতিক চাবসি মাগী কর্মনা ওই, অদুগুম্বা হকচাংদা মখোইনা থুংই। করিগুম্বা তীল, কৌজেং, উচেক্ নোংশা, করিগুম্বা মীওইবা, লাই, গন্ধর্ব অসিনচিংবা হকচাংদা জন্ম গ্রহণ তৌই।

মতৌ অসুম্না জীবণ মৃত্যুগী রাকম অসি শাস্ত্রশিংদা য়ামনা শুগাইনা তাকলি। তৌইগুম্বসু পোংকী লেংদবা হাইবহু মসিনি মহুদি অদুগুম্বা তত্ত্ব অমা ওইরব ব্রহ্মা অমদি আত্মনা মকম পূম্নমক্তা লৈ। কর্মগী মতুং ইন্না মহাক্কী হকচাংনা লোইয়ক্লবদা চংথোক-চংশিন ওই। পূমনমক অসিগী অচুম-চুমদা কর্ম কলাপকী মতুং ইল্লি। থাগৈশেংবমক মতমসিদা আত্ম—

তম্বু নিংথিনা থংগনি পুক্লিং চংনা অচুম্বা ধ্যান্না আসন ওইবদা মপুং ফাবা লেংদবা ওইরবদি মতুদা জন্ম লৌনবগী (পীনবগী) কর্মদো লোইশিন্নি। মতম অদুদা জন্ম পীনবগী কর্ম অদু লৈত্রে. মসিদা শিবগী বা "মৃত্যু" কদাইদা লৈ। মরম অদুনা বেদান্তশিংদা খুদম পীরি :—

> ন নিরোধো ন চোতপত্তির্ন বদ্ধো ন চ সাধকঃ।
> ন মুমুক্ষুর্ন বৈ মুক্ত ইত্যেষা পরমার্থতা ॥
>
> (অম্রোপনিষদ ৩১)

# পুনর্জন্মগী দৃষ্টিদা মীওইবনা তৌগদবা

সংসারগী জীব জন্তু পুম্নমকপু "প্রাণী" হাইনা কৌই। মখোইদা থবাই লৈরবা, (হীংলিবা) মখোইদুবু প্রাণী কৌই। থরাই পাল্লিবা পুম্নমক্কী মতমলৈবা থিবিক্কা কন্নিশুম্বা থন্না নত্রগা থরদি থবক তৌদুনা লৈ। ককুচেংনা মতম পুম্নমক্কা অমদগী অমদা চং নোমদুনা লৈ ভীল-ফাং পুম্নমকসু অমা নত্রগা অমা তৌদুনা লৈ। উংচক্কা পাইদুনা নত্রগা চা-থকুনা লৈ। বাখল লৈবা মীওইবনা মহাক্কী শু-নোমকমদা লৈ, মকমদুদা থবক থরদি তৌই। নোমদুনা হিংলিবা লৌউবনা লৌ-ইংথোলগী থবক তৌই। লল্লোলনা লল্লোলবগী থবক তৌই। মতৌ অমুম

তৌদুনা মীওইবনা মথল মথা অয়াম্বা থবক্তা পুক্রিং চংনৈ। সংসার অসিদা থরাইপানবশিংনা থবক শু নোমদনা মতম পুম্নমক্তা ক্ষমহুনা লৈতে। মসিগী রাকমসিদা য়াম্না শেংনা ভগবাননা গীতাদা হাইরি :—

ন হি কশ্চিত ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্মকৃত্।

(৩।৫)

"কনাগুম্বা অমত্তনস্ থবক শুবা নোম্বা নত্তনা অরেম্বদা মিকুপ অমা ফাওবা লৈথোক্তে" মতৌ অসিগুম্না ঐখোইনা উরে, মহূদি মীওইবনা মতম পুনমমক্তা থবক্তা থর'ই চংহুনা লৈবা, অচৌবা সহরশিংদা লৈরিবা মীয়াম্না থবক্তু তৌই। হৌজিক থম্নবা য়াই মহূদি "মীওইবশিংনা করিগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা থবক তৌদুনা লৈগদগে"?

মীওইবশিংনা মসিগীদমক মতম পুম্নমক্তা থবক তৌদুনা লৈবা তাই মহূদি—মখোইগী অরাংপন্থ লাপ্পা চংথিনবা অমসুং সুংঙাইনা লৈবা পাম্মী অমসুং মহু পুকনিংনা নিংবা থুংবনি মহূদি মীওইবনা মহূদা সুংঙাইনা লৈবা ওম্মী, মতম অহূদা মহাক্না করিগুম্বা অমা নত্ত্রগা অমগী কান্নবা থবক্তা চংহুনা লৈ। কান্নদনা লৈবনা মহাক্কী য়াম্না অরাবনি। মীওইবনা থবক তৌদুনা লৈনবগীদমক মতম পুম্নমক্তা মমুংদগী অকবা রাথল পোকই। মহূদি জীব পুম্নমক্কী মমুংদা "অরাম্বা" হাইনা কৌবা পোৎ অমা লৈ। অহুগুম্বা অরাম্বা অহূনা মহাক্কী শান্তিগীদমক

মীওইবা পুম্নমকপু থবক ত্তৌনবগীদমক মতম পুম্নমক্তা য়াথল পোকহল্লি। মতম অসিদা কল্লিগুম্বা থবক ত্তৌব্রবদি মহুদা মহাক্কী মথুক্তা অয়াম্বগী মৈচাক্লা চাকশিললকই। মরম অদুনা অসিগুম্বা "অয়াম্বা" কৌবা অনাবা অসিগী পাউ-ত্তাক্কীদমক্ হিদাক থিবদা মীওইবনা থবক্ ত্তৌবা ত্তাই। মরূ ওইবা লাইনাঙ্গীদমক্ মতমহুদা এঁখোইনা কল্লিগুম্বা হিদাক ত্তৌই, মহুদা অহুগুম্বা হীদাকনা থুনা কোকহল্লি। কল্লিগুম্বা মতম থরগী ভুংদা অমুকহন্না লাকই। ত্তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা অয়াম্বা অসিদি মহুগুম্বা অনাবা নত্তে। অত্তোপ্পা অনাবাশিং অমসুং মসিগী অনাবা অসিগা য়াম্না খেন্নৈ। অসিগুম্বা অনাবা অসিগীদমকতি মুমিৎ খুদিংগী মতমহুদা অনাবহু উবা ফংই, অদুনা হিদাক পীবা ত্তাই। হিদাক থাজ্রিবা মতম অংকাও, অত্তোপ্পা থবক অমা পাইবা য়ুনা থোকই ) মরম অদুনা পুম্নমক্লা হোৎনবা ত্তাইরকই। কৈ অমদি নোংশানা শজ্রি অমদি শলবু হাৎলি মদো লাইনা অসিবু লাপ্পা ত্তানথোক্লবনি। মীওইবনা মথল-মথলগী ফি শাহুনা, মথল-মথাগী বুদ্ধি হাপ্পুনা পৈশা ত্তাল্লি, মদো মসিগীদমকনি। অয়াম্বনা ত্তাওরবা মীওইববু মতমহুদা থিরকত্তুনা কল্লিগুম্বা চেং খুজোক অনিদং ফংলবা অহু ওইরবদি মহাক্কা য়াম্না থুনা মহুবু খোংহুপা চারগা য়াম্না পেল্লি, অসিগুম্বা থবক অসিমু মসিগীদমকনি। মীওইবনা হিংনবগী-দমক থবক ত্তৌবা পাম্মী। মখোইনা মিকুপ অমা ফাওবা থবক ত্তৌদনা লৈবা ঙমদে।

অদুগা রাক্ষস অসিমসুনি মতুদি মীওইবনা করিগুম্বা থবক তৌরবদি কান্নরবা হকচাং ওই। মরম অদুনা লাইরবা এনাক খুনবা পুমনমক থবক তৌই। শুপ্পগী এনাক খুনবনা অরেপ্পা ওইনা পুক্রিংনা য়ামনা হেন্না থবক তৌবা তারকই; মরমদি মখোইনা অসিগুম্বা চিন্তা অসি পোকই মতুদি মখোইগী পৈশাচ নিংথীনা থম্লবগীদমক। মসিগী চিন্তানা মখোইগী পুক্রিংদু মতম পুম্মক্তা থবক তৌদুনদা লৈ। মসি অশেংবনি মতুদি নোংমগী থরদা নিকুরগা চারিবা ব্রাহ্মণশিংদগী লাখ কয়ারোমগী ওইরবা এনাক খুনবনা য়াম্না হেন্না থবক তৌই।

মীওইশিংনা মরম ওইদুনা তৌরিবা থবকশিং অসিগী তোংডানবা মওংদা অতোপ-অতোপ্পা মওংগী ওই। মীওইবনা থবকু থরদি মহাক্কী মশাগীদমক অমসুং মহাক্কী মরী মতাশিংগীদমক তৌই। মদুনা মহাক্কী মচা-মশু, নিপী, মমা-মপা-অসিনচিংবগী মরীদা পুক্রিং চংনা অমদি য়োক-থাকপা তারম্মী। মরম অদুনা মখোইগী নিংথীনা লৈনবা য়েংবনা মরম ওইদুনা থবক তৌবা তাই। অদুগী তুংদা মহাক্কী যশ, লাবা অমোম, হুই, কৌদোং, য়ুমগী মিনায়-মিশল, মহাক্কী লবুকতা থবক তৌরিবা অসিবুসু নিংথীনা য়েংশিন্নবা থবক তৌবা তাই। অমুক মীওইবগদমক খুঙ্গংগী সমাজগী মরীদসু থবক তৌবা তাই। মশুম্না য়ুমগী থবক্তসু মশানা মহাক্কী য়ুম্বু লু-নাম্না অমদি ফজনা থমই, মশুন্না খুঙ্গংদ। লৈবশিংনসু তৌবা তাই মতুদি মখোইনা মহাক্কী খুঙ্গংবু লু-হেন্না নিংথীনা অমদি ফজনা

থম্মী। মতৌ অশুম্বা মীওইবনা মহাক্কী শাগৈ-নাতৈগী থবক তৌবা তাই, অতুগা চপ মান্নবা খুঙ্গংগীসু থবক তৌবনা মতিক চাবনি। মসিগী তুংদা লৈবাক্কী অমদি ময়ামগী থবক লাকই। বুদ্ধি লৈবা মীনা অহুগুম্বা থবক্‌শিংসু তৌই।

মতৌ অশুম্বা তোংঙানবা থবকশিংগী অচৌবা - অপিকপা থবক পুম্নমক - চিল য়া শেংবা ফি শুদোকপা, ইরুজথোকপা, চাক চাবা অসিনচিংবা থবক্তা মহাককী কান্নবগীদমক্‌ তৌরি। য়ুম শাবা, মজুবু শেংদোকপা, য়ুমথুদা অচংবা পোং পুমনমক্‌ অমদি থেন্‌ - খোংতুনা থম্বনচিংবনা শাগৈ - নাতৈগী থবকনি নালা শেম্বা, পুখ্রি শুহা তৌবা-শেম্বা অমদি মখোইথুবু শেং-দোকপা, খুঙ্গংদা ফিদাকশং লিংতুনা অনাবরু ফনবগীদমক্‌ শেম শাবা অমসুং লাইরিক-লাইশু তমফমশং লিংবনা খুঙ্গংগ শমাজগী থবকনি। দেশ পুম্নমক্তা ফনবগীদমক্‌ তোংঙান্‌-তোংঙানবা থবক কয়ামরুম তৌই, মতুদগী হৌজিক্কী মীওইবনা য়াম্না নিং-থীনা লৈরে।

মসিদা পাঙ্গলনা, মখোইবু পালল তৌনা ঙাকলি। মীওইবনা মহাক্কী মচাবু মখোইগী অপিকপা মওংদগী য়োক - থাক্নুনা চাওখল্লি অমদি মতিক চাবা ওইনবা শেম্মী অমসুং মতুংদা মশাগী অহল ওইরক্লবদা মহাক্না মখোইগী মতৌগুম্বা অমুক য়োক-থাকই। অসিগুম্বা থবক্‌ অসি অতৎ অধম লৈতনা তৌদুনা লৈ। অসিগুম্বা স্বভাব অসি শুপ্নগা মীওইবা সমাজদগী

নত্তে, তৌইগুম্বসু শা উচেকশিংদসু মথল মথাগী মশক মওং উবা ফংই।

সংসার পুম্নমক্তা থবক তৌনা লৈ। মীওইবশিংনা তোং-ঙানবা থবক শংগী মতিক চাবা শক্তক লৌই। মী কয়ামরুম্না অখোইবা ওনা শমাজগী মঙ্গলগীদমক মখল মথ অয়াম্বা থবক তৌই, অতৈগা লোইননা মশাগী থবকসু তৌরনা লৈ।

মীওইব শংগীদমক অচম্বা ওইনা পোৎ অহুম শক অরেপ্পা ওইনা চংই --(১) অরাম্ব কোরবগী চিঞ্জাক (২) অয়িং-অশানচিবদা মশাবু কন্নবা অমদি ইকায়বা ঙাকনবা ফি (৩) পোৎথানবা অমদি লৈনবগীদমক য়ুম। মসিগী মতুং ইন্না অচৌবা পোৎ পুম্নমক মহাক্না পুনশিল্লু, মখোইনা মখোইগী মচা-মশু য়োক্‌থাক্লবা অমসুং মখোইগী লুহোংবনচিংবা অতোপ-অতোপ্পা সমাজিক, মী অমা ওইবগী অপান্বগী মপুং ফাবা অমদি মরু লৈনবা পুম্নমক্তী লমচৎনচিংবা তৌই।

অংগানবদা অরাম্বনা লাইনাবু খাংনংগী মওং অমসুং চানবনা ইদাককী মওংদা হাইব্রে। মসিদা খাইদগী অখোইবাদ—

ক্ষুদ্ব্যাধিশ্চ চিকিৎস্যতাং প্রতিদিনং ভিক্ষৌষধং ভুজ্যতাং স্বাদ্বন্নং
ন তু যাচ্যতাং বিধিবশাৎ প্রাপ্তেন সন্তুষ্যতাম্॥
শীতোষ্ণাদি বিষহ্যতাং ন তু বৃথাবাক্যং সমুচ্চার্যতা
মৌদাসীন্যমভীপ্স্যতাং জনকৃপানৈষ্ঠুর্যমুৎসৃজ্যতাম্॥

(ভগবৎপাদ শ্রীশংকরাচার্য সাধনপঞ্চকম—৪)

শ্লোক অসিদা ভগবান শ্রীশংকরাচার্যনা "অরাম্বা কৌবা অনাববু চাক্লো মশক ওইবা হিদাক্কা লাপ্পা তাম্থোকউ" হাইনা পাউতাক পীরি। অনাবনা হিদাক অমুক্তী মতিক চারিবৈবম, অনাবনা লাপ্পা লৈনবনি। মহাককী কান্নগদবা অতুগী মতুং ইন্না হিদাকপু পুক্রিংনা থিজুন চাদে মফম অসিদস্থু অতুগুম্বা হিদাক অতু হোংনা ফংই, মতুবু লৈরগা চাই। শ্লোক অসিগী মরু ওইবদি হকচাং অসি পুনবগীদমক অচম্বা চিঙ্গাক্কা মরু ওইবনি।

অসিগুম্বা কান্নরবা চিঙ্গাকপু ফংনবগীদমক অতুগুম্বা থবক তৌই, মসিগা মরি লৈননা মীওইবদা অতোপ্পা থবকস্থু লৈ। করি-করিগুম্বদা মীওইবনা মন্দির, মসজিদ, নত্রগা গির্জাঘর শাই; ঈশ্বরনচিংবা পুম্ববু নিংশিংদুনা পূজা-পাঠ তৌই: সন্ধ্যা-উপাসনাগী কর্ম কয়া তৌই; চাক চাই। মসিদা রাহং অমা লৈ "মতুদি করিনো অতুগুম্বা থবকশিংনা মখোইগী অরাম্বত কোক্কদরা? কি ফংগদ্রা অমসুং লৈনবগীদমক্ যুম ফংগদ্রা?" নিংথীবা মিৎয়েংনা তিলক্ ধারণ তৌবা, মন্দির শাবা, পিতৃ-শ্রাদ্ধ তৌবা পূজা-পাঠ তৌবা, পুক্রিং মুংচাইনা দান তৌবা অসিনচিংবা কর্মনা মতিক চাবা অরেপ্পা লৈজবা কান্নরবা পোৎশিংবু ফংনবগীদমক্ তৌদবদগী কান্নদবনি হাইনা থংবা ওম্মী। তৌইগুম্বসুং মীওইবনা মমা-মৈদগী হৌনা অসিগুম্বা থবক অসি তৌদুনা লাকই। মরম অদুনা এখোইনা বাথস তৌবা তাই;

মত্থদি – মসিদা ক'রি কাম্নরিবনে৷ হাইনা? মীওইবনা মসিবু করিগীদমক তৌরিবনো?

মীওইবগী স্বভ'বনি মত্থদি মখোইনা নোংমগী চানবা কংলবদস্সু মখোইনা পেনদে। ভুংগীদমকস্সু ঙসি পোৎ চৈ কয়া য়াখল অসিদা খোমজিন্দুনা মহাক্কী মনাক্তা থম্বা পাম্মী অমসুং থম্মী মরমদি ভুংদা অরাবা লাকলবদা খেংম্নবগীদমক্সু ঐখোইনা খোয়াং হৌবা পাম্মী। অত্থগা পোৎ কয়ামুকস্সু অখোংবা-অমুনবা চাক্কী মহৌশু-1 মতম থরগী থম্বা য়াই। অত্থগা পোৎ থরনা মতম কয়ামুক থমবা শিজিন্নি। মত্থদি—গেহ, চেং অচম্বা মহৈ মরোং তৌইগুম্বস্সুং ললনচিংবা কয়ানা মওং-মওংগী কাম্নগদবা থবক্তা শিজিন্নি অমসুং মুমিৎ কয়ানিমুক্কী কাম্নগদবদা থম্বা য়াই। লৌশিং লৈরবা মীশিংনা মতম কয়ামুক থম্বা য়াবা পোৎশিংবু থন্দুনা পুনশি'ন্ন, নত্তে মত্থদি অপংবগী মতৌগুম্না মতম থরদমক লৈনবা পোৎশিংবু। আত্মা অমরনি। হকচাংদি পোকপা শিবা লৈ। মরম অত্থনা অসিগুম্বা অরেম্বা আত্মাগী মুংঙাইনবগীদমক থবক তৌবনা কাম্নবা অমদি অখোইবনি, মসিদা থরাই চংনা লৈবনা মীওইবগী লৌশিং লৈবগী থুদমশিংনি।

লৌবীবা য়াই, ঐখোই করিগুম্বা চিং অমগী নাকল অমদা লৈ। ঐখোইগী ইথুম্রা মুপা হজার কয়া লৈ। মকমদো পৈশাগী মশক ঙাক্লি। মকমংদা হুরানবা লাকই। অগুমনা

অকিবা পোকই মচুদি মখোইগা ঐগা খংনা-চৈনবা থোক্কনি। তোইশুম্বসুং মতম অহুদা ঐখোইনা চিংগী মথক্তা অশাম রাংমদা চৎলবদি "অকিবা লৈরোই।" মতম অসিদা লাইবক্ ফবগী মখা পেল্লবা কনাগুম্বা মী অমা লাক্লুনা হংলরবা মচুদি - "অহুগুম্বা অকিবা পাম্মুবা ফমথোন ওইরিবা নশা অদুগী মচৎ লুপা কণ্ঠার অমা লৌগন্রা?" মসিদা ঐখোইনা করি তৌগনি? তোইশুম্বসুং মফম অসদ কান্নবা রাকম য়াওরি। জীব পুম্নমক্কী মসি অরেপ্পনি। য়াম্না লন থুম লৈবস্তু চৎখি, লৈতবা লাইর অনংস্তু চৎখি। মহাক্কী শক্তিগী মতুং ইননা ভুংগী কান্নগদবস্তু তৌগনি, কৈ হাইবা থবকশিংবু তেম্না ভুংগীদমক তৌগান।

মফম অসিদা রাহং অমা লৈ. মহুদি—"ঐখোইনা অসি-গুম্বা মপোক অসিদা মুংচাইনা লৈনবনি. ভুংগীদমক করিগী থল্লুগদগে" মসিগী মরিদা প্রমাণ অমা লৈ —

"নাস্তি চেন্নাস্তি ন হানিবস্তি চেন্নাস্তিকো ২০।।"

আস্তিক্কা হাই—"হৌভিক অফ-অফবা থবক কর্ম তৌরো; মরমদি মপোক অসগী ভুংদা অনিশুবা মপোকস্তু লৈগনি, মতম অহুদা অসিগুম্বা অফবা কর্ম থবক লাকনি।" নাস্তিক্কা হাই—"থাজবা য়াদবা অহুবু কনানা হাইবা শুমগনি, মপোক্ অসিগী ভুংদস্তু ঐখোইনা অমুক কম্না পোকপা। অদু ওইরবদি মসি করিগী তৌগ্রিবা? তোইশুম্বসুং মসি অচম্বা আগগী

পোংন ম-দি মতম অসিদা ঐখোইনা মতিকচাবা অকবা কর্ম- শিংবু পুনর্শিন্দুনা থম্নবদি তুংদা মখোইনা কান্নবা ওইগনি। মতুদগী মতমশিদা রাখলগী পোকপা ওই মহূদা অকবা কর্ম তৌরিবা আ স্তকনা কান্নব ওইগনি অমসুং মতমতুদা রাখল- না অমুক হন্না পোকপা হাইবনু ওই মসিদা করিগুম্বা অমত্তা অমাংবা লৈতে মশাক্তা ফংবদি করিসু ওইদে। তৌইগুম্বসুং রাখলনা পোকপা লৈরবদা অচুম্বা কর্ম তৌরবা নাপ্তিকনা অরাবা ফংই।

মথম অহূনা অকবা কর্ম তৌবনা মতম পূম্নমক্তা অকবনি। মতম অসিদা ঐখোইনা করিগুম্বদা যাত্রা তৌই মহূদা মতমতুগী ঐখো গী থম্মোয়সি য়াম্না ি থিনা লৈবা পাম্মী। মতৌ অশুম্বা হকচাংসি থাদোক্লুনা অতোপ্পা মকম অমদা চৎপা মতমদসু ঐখোইগী থম্মোয়সি ইংনা অমসুং মুংঙাইনা লৈবা পামমী। মসিগীদমক ঐখোইনা মতম অসিদা কান্নবা থবক তোত্রবদি তুংদা ঐখোইনা অরাবা ফংগনি। মসিগী মিৎয়েংদা মতিক চাবা কর্ম করি করিনো—মসিদা য়াম্না থন-খোৎলগা মীওইবনা মতুবু থংবা চম্মী। অহু ওইহুনসু ঐখোইনা চসি থবক তৌরি, মসিগী মহৈ অসি হন্দকু মপোক অসিদা ফংত্রবসু অনিশুবা মপোকদি শোইদনা ফংগনি। অসিগুম্বা নিয়ম অসি আত্মাগী বিষয়দাদি পুজ্যাগী মশকনি। ঐখোইগী মথক্তা হৌরবা মী- শিংনা ক্রিয়া—প্রতিক্রিয়াগী নিয়ম ( Action-Reaction ) বু

শতাব্দি কয়াগী মমাংদা আস্তিকী মরমদসু প্রমান তৌরম্মী। ঐখোইগী শাস্ত্রনা বাফম অসিগী খুদম তৌরি, মহুদি করিগুম্বদসু খোইদোকপা, অদুগী মফমদা খোইদোকপা অদু শোইদনা ওই।

ইসাইগী মীশিংনা জন্মান্তরবু লৌদে; তৌইগুম্বসুং মখোইগী করিগুম্বা বাফমদগী খংবা ঙম্মী মদুদি মখোইনা কৌরম্মু "খংত্রবসু করিগুম্বা নত্রগা করিগুম্বা মওং অমদা পুনর্জন্মবু লৌই।" মখোইনা হাই মদুদি "হকচাংনা শিরবগী তুংদা জীবাত্মাগী অচুম-অরান অসি ভগবানগী মফমদা লৈ অমসুং মতম অদুদা মখোইনা নরক-অমদি স্বর্গদা থাই। অরা-মনুংঙাইগী মশক লৌগদৌরিবা হকচাং অসিনা অদুম ওইনা অদুগুম্বা পুক্তা তারৈ, মতুংদসু জীব অসিনা অসিগুম্বা হকচাংগী সাধনগী তৌরকপা কর্মশিংগী মনুং-ঙাইবা নত্রগা অরাবা – স্বর্গ অমদি নরকতা ভোগ তৌবা তারকই।" মসিবু ঐখোইনা "পুনর্জন্ম" কৌই। অসিগুম্বা দেশদা (স্বর্গ-অমদি নরকতা) অরা-মনুংঙাই ভোগ তৌত্রিবৈগী মমাংদা মখোইগী কারণদো কর্মনা ওইরম্মী, মদুগীদমক্তু অমুক পোকপা ওইরিবনি। মসিগী তর্কগী মতুং ইন্না ঐখোইনা হাই, মদুদি মপোক অসিগী অরা-মনুংঙাইগী কারণ অসি মসিগী মমাংগী জন্মদা তৌখিবা কর্ম হাইনা কৌই। মদুদগী পুনর্জন্মগী তুংদা পাকথোকই।

মমাংদসু হাইখ্রে মদুদি মতম পুম্নমক্তা অমর ওইরবা আত্মাগী মনুংঙাইনা লৈনবগীদমক্তু অখোইবদগী অখোইবা অফবা কর্ম—অফবা থবক তৌবা পাম্মী। ঐখোইগী মফম অসিগী নোট মশক ওইনা চংভে। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বদা অসিগুম্বা

নিংথৌ অমা লৈ, মদো সংসার পুম্নমক্কী মপুনি। মহাক্কী নোট লুপা অচু করিগুম্বদা চৎপা য়াই। অঙেশুম্বা মাইকৈ তরামরিগী ভুবনগী মপু ওইবা অমা লৈ অমসুং মহাক অদুনি—পরমেশ্বর। মহাক্কী লৈবাক পুম্নমক্কা চৎনবা নোট অমা লৈ। মদো মতম পুম্নমক্কা মফম পুম্নমক্কা চৎকনি। মদুদি— "ধর্ম" নি।

শ্রীরামচন্দ্রনা বন চৎপগী অহানবদা মহাকী মমাগী য়াথং অমদি হুকপা ওইনা চৎলি। মহাক্কী মুংশিরবা মচানা মতম অদুদা অযোধ্যা দেশদা চৎলি মতম অদুদা মমানা মিঠাইশিং অমদি চারবগী পোৎ চৈ শেম-শাদনা মাগী মফমদা পী. মদুদি মহাক্কা লম্বীদা অরাবা তাদনবা। কৌসল্যানা খল্লি মদুদি চহি তরামরি বন চৎকদৌরিবা ঐগী মুংশিরবা ইচাগী থুম্না করম্না অকবা পোৎ পিগনি। য়াম্না লুনা খল্লবগী তুংদা কৌসল্যানা শ্রীরামদা হাইরকই :—

যং পালয়সি ধর্মং ত্বং ধৃত্যা চ নিয়মেন।
স বৈ রাঘবশার্দূল ধর্মস্ত্বামভিরক্ষতু॥

(বল্মীকিরামায়ণ, অযোধ্যাকাণ্ড ২৫ | ৩)

"রাঘব। নংহাক্কী নিংথীনা ঙাক শেনবগীদমক ঐনা করি তৌগনি? লেপ্পমক্ ধর্মনা নংহাক্কী ঙাকপা ওইগনি। নংনা অসিগুম্বা ধর্মবু অথোইবা অমসুং নিয়মগা লোইননা ঙাক্কুনা হেক লৈরিবা, অদুগুম্বা ধর্মনা নংহাক্কী ঙাক শেনবা ওইগনি। মসি নমা ঐগী অমত্তা ঙাইরবা থৌজালগী বরনি। "মসিমু প্রসিদ্ধ ওইরবা নিয়ম অমনি মদুদি মতম অসিদা ঐথোইনা

ধর্মবু ঙাকপা অমসুং পালন তৌরবদি মহৌদা অহুমগুম্বা ধর্ম অদুনা ঐখোইবু ঙাকপা অমদি পালন তৌগনি :—

"ধর্মো রক্ষতি রক্ষিতঃ।"

শ্রীকৌসল্যাগী মতিক চারবা ধর্মদুনা শ্রীরামচন্দ্রগী ঙারবা ওইরম্মী, অসিগুম্বা ধর্ম অসি পরমেশ্বরগী মশিং লাকঙমত্রবা অখণ্ড চতুর্দশ ভুবন রাজ্য অসিদ চৎনরবা নোটনি। মরম অদুনা ঐখোইগী অতোপ্পা থবক্তা লোইন লোইননা ঐখোইনা থবক অসিসু লৌবা পাম্মী, মদো "ধর্ম" কৌই অমসুং মহাক্কী খুদম ওইনা অহানবদা মন্দির শাবা, ভগবানবু ভক্তি তৌবা, পুক্নিং সুংঙাইনা দান তৌবা, সেবা-পরোপকার তৌবা অসিনচিংবা "অনাবশ্যক" নত্তবা থবকশিংদা পুক্নিংচংনা তৌবা।

থাক্লেংশেংবমকুসু কর্মসিনা ঈশ্বরদা বুদ্ধি চংবা রাখল থম্বা ওই, মদো ধর্মগী মশক পুথোকপা ওই। মতম পুম্নমক্তা সুংঙাইবা পীনবনি। নচাক্কী কারবগী নত্রবসু, অতোপ্পশিংগীদমক্ ঈশ্বরদা কৎপা - ভগবান্দগী করিগুম্বা থবক তৌজরবা, মদো "ধর্ম" নি। পুক্নিং রাঙাং অমসুং ককচাং—অসিগুম্বা কারন অহুমসিনা মরম ওইদুনা ঐখোইনা অসিগুম্বা থবক তৌবা পাম্মী মদুনা ধর্মগী মশক্তা পুথোকপা ওইবা। ধর্মগী মশক ওইরবা নোটনা করিগুম্বা মতমদসু অমসুং করিগুম্বা দেশতসু ঐখোইগীদমক্ মতিক-চাবা কাম্নবা অমসুং সুংঙাইবগী মশক ওইগনি। শ্রীরামচন্দ্রজীনা খুদোংথীবা অরাবা কয়া য়াম্না ভারম্মী। তৌইগুম্সুং মহাক্কী অরাধশিং অদুগী ঙাক-শেনবা ধর্মনা ওই।

ধর্মগী মাইগৈদা লৈরিবা (শা-উচেকসু) লাকপমত্রবা শাগৈ পুম্নমক্ উপায় ফংগনি। মসিদগী ওম-তৈনবা নত্তবা ধর্মগী মাইগৈদা লৈরিবা লোইনবশিংবু থাদোক্কনি। মসিগী কান্নবা অসিবু শ্রীমদ্রামায়ণদা ঐখোইনা উবা ফংই:—

যান্তি ন্যায়প্রবৃত্তস্য তির্যঞ্চোঽপি সহায়তাম্।
অপন্থানং তু গচ্ছন্তং সোদরোঽপি বিমুঞ্চতি॥

(অনর্ঘরাঘবনাটক ১।৪)

"ধর্মগী লম্বীদা" চৎলিবা রামচন্দ্রজীবু শা-উচেকসু য়াওনা ধর্ম ফংই। ধর্মনত্তবদা চৎপা রাবনবু মচিন মনাও ওইনা লৈম্বীনরম্বা বিভীষণনসু থাদোকই।"

# 'ভগবান শ্রীনিম্বার্কাচার্যগী পরলোক অমসুং'

## "পুনর্জন্ম-শিদ্ধান্ত"

শ্রীমতে সর্ববিদ্যানাং প্রভবে প্রভবিষ্ণবে।
আচার্যায় মুণীন্দ্রায় নিম্বার্কায় নমো নমঃ।

বেদ-সংহিতা, ব্রাহ্মণ-গ্রন্থ উপনিষদ, পুরান, স্মৃতি, সূত্র, মহাভারত অমদি রামায়ণ অসিনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্তা পুনর্জন্ম

অমস্থুং পরলোক্তী মরি নৈনবা য়েন-লৈনবা ফংই। মফম-মফম খুদিংদা চিংনবগী রাওাং ওই, হাইরিবা রাফম পুংমক মমাংদৈগী ওইবা মশকনি। দর্শনসিংনা পাম্মী আস্তিক ওইরবস্থু নত্রগা নাস্তিক ওইরবস্থু, শুপ্পগী কলক মীহৌবগী দর্শন অসিমক্তং থাদোক্লগা দর্শনকার পুম্নমক্না পুনর্জন্ম অমস্থুং পরলোকপু য়ারি।

স্থূলদেহ অসি অরেপ্পা লৈভবনি। মসিনা রাখলগী মওং পুম্নমক্ অশেংবা ওইনা লৌবা অসি পুম্নমক্না য়াম্নরী।

"অস্তি জায়তে বর্ধতে বিপরিণমতে অপক্ষীয়তে বিণশ্যতি।"

যাস্ক মুনিগী অসিগুম্বা খুদম অমা পীরি, মহুদি—"সস্যমিব মর্ত্যো জায়তে পচ্যতে চ।" নচিকেতাগী অসিগুম্বা রাওাংসি অচুম্বনি। পোকপু পোক্লবা, চাওরে মথোইনা মওং শেমহ্নুনা শাৎকাইরগা অমস্থুং ময়েং তারক্লুনা অমাংবা হাইবনু ওই।

জীবআত্মানা অজর-অমর অমস্থুং অমাংবা লৈত্রবনি। মহাক্না মহাক্তী অরেপ্পা লৈত্রবা কর্মশিংগী মতুং ইন্না হকচাং ফংই, মংনা মরম ওইহ্নুনা মহাক্না অক-কক্ত কর্মশিংগী মহৈবু ভোগ তৌই অদুগা মমাংগী সংস্কারশিংগী মতুং ইন্না কর্ম তৌই। মতম কংবদা থাদোকই। মতৌ অস্থুম তৌহ্নুনা মওমহুগী জীবগী কর্ম অমস্থুং মহাক্তী সংস্কার শেমহ্নুনা লৈ, মতমহ্না পোকপা-শিবগী মশক ওইরবী কুপ্পবা চক্রদা চৎলি। অদুগুম্বা কর্ম-শিংদগী ময়েং তানা ভোগ ভোবনা, জ্ঞাণ অমস্থুং প্রভুগী ভক্তিদা লৈবা ফংই। ভক্তিদা তারবদা প্রভুগী অশেংবগী মশক ওইরবা

কর্মগী নিয়মা অমসুং মুক্তি ওই; মতুংদা পুনর্জন্ম ওইদে, মসি ভগবানগী ৱাহৈনি:—

মামুপেত্য তু কৌন্তেয় পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে॥

(গীতা ৮।১৬)

শাস্ত্র পুম্নমক্তা চিংনবসু কোংদোকলি অমসুং শাস্ত্র পুম্নমক্তা অমত্তা ওইনা নৈনবনা মত পীরি

জীবত্মানা মহাক্কী হান্নগী স্থূল—শরীরবু থাদোক্লমলগা অনিশুবা হকচাংবু মতৌ অসুম্না লৌই, মতৌ অসুম-করিগুম্বদা মীওইবনা শেগাইরবা ফত্রবা ফিবু হন্দোক্লগা অনৌবা ফজবা ফি লৌই। (১) আত্মাদি থাগৈশেংবমক ককপা য়াদে, ঈশিংনা চোৎপা ঙমদে, মুংশানা কংহনবা ঙমদে, মিৎনা উবা ঙমদে।

জীবাত্মানা হকচাংদগী থোক্তুনা অতোপ্পা হকচাংদা চংবা, অমদি পুনর্জন্মসিনা হন্দোকপা ওই। অসিগুম্বা থোংচৎ অনি-সিগী লম্বীবু হাইরি। অহানবগীনা "ধূমযান" (কৃষ্ণগতি) হাই অহুগা অনিশুবনা "দেবযান" (শুক্ল—গতি) অর্চিরাদি লম্বী হাই। বেদ-উপনিষদ অসিংনচিংবা শাস্ত্রশিংদা অর্চির মার্গগী মথং-মনাও ওইনা মকম মকমদা থেম্নবা কংই, পুম্নমক অসিগী মথং-মনাওশিং শ্রীবেদব্যাসজীনা স্বরচিত ব্রহ্মসূত্রদা তৌরি। (৩) অশম্বা ওইনা মসিগী চিংশনবা অসি ভগবানগী অথোইবা ভক্ত অমসুং জ্ঞাপনীজন ওইবনা অচিগী লম্বীদা চৎলি অহুগ।

(১) শ্রীমদ্ভগবদ্, গীতা ২।২২ (২) মসিমু ২।২৩।
(৩) ব্রহ্মসূত্র অ: ৪। (৪) ছা: উপ: ৫।১০।৮।

মখোইনা মুক্ত ওই। মখোইগী কর্মগী বধন অদু লৌই, মরম অদুনা মতুংদা মখোইনা অমুক পোক্কে।

অকবা সকাম কর্মগী (লাইশং শাবা, পুষ্প্রি তৌবা, দান তৌবা) মতুং ইন্না লৈবা জীবনা ধুমমার্গদা চৎলি অদুগা স্বর্গ-নচিংবা লোকশিংদা পুন্যগী ফল চারুরগা অমুক হল্লকই। মতৌ অশুম্না পাপকর্ম তৌবনা নরকমচিংবা ফংলগা অমুক হন্না মকম অসিদা জন্ম গ্রহন তৌরে।

অসিগুম্বা লম্বী অনিদগী ওন্নবা ৩ হুমশুবা লম্বীনা অপিকপা জীবগীনি, মদু "জাকস্ব ম্রিয়স্ব" (৪) অমদি মুমিৎ খুদিংগী পোকই অমসুং শি মখোইগী পোকপা শিবগী মথং মনাও অসি দেবযাননা নত্তে পিতৃযাননসু নত্তে।

দেব—পুরানশিংগী মরু ওইবা মশক ভগবদ গীতাদসু মতিকচানা লম্বী অনিগী অশম্বা ওইনা ফংই। (৫) পুনর্জন্ম অমসুং পরলোকী মকম্নচিংবা কোংদোকলি। অর্জুননা হাই— "হে জনার্দন। মখোইগী শাগেগী ধর্ম অদুনা মাংলবদি, মখোইনা নরকনচিংবদা মতম কুইনা লৈ।" (গীতা ১।৪৪) "ঐনা স্বর্গগী রাজ্যগী সুংঙাইবা পামদে।" (গীতা ২।৮) ভগবান-গীসু অসিগুম্বা রাকম লৈ— "অদুগুম্বা যজ্ঞনচিংবা সতকর্ম তৌত্রবা, মখোইনা হন্দকী মপোকসু সুংঙাইবা ফংদে; পর-লোকতদি করি ফংগনি?" (গীতা ৩।৩৩, ৪।৪০) "অকবা

(৫) গীতা ৮।২৪—২৫।

থবক তৌবশিংনা মপোক অসিদসু অমদি পরলোকতসু দুর্গতি ওইদে।" (গীতা ৬।৪০) "ব্রহ্মাগী লোক ফাওবা পুনর্জন্ম-শিংগী লোকনি।" (গীতা ৮।১৬) "পুন্য কর্ম তৌবনা ইন্দ্র-লোকতা চৎতুনা মতুগী মহৈ চাই।" (গীতা ৯।২০) "পুন্যনা মমেং তাবদগী স্বর্গলোকুগী মৃত্যুলোক্তা লাকই। মওৌ অশুম্বা সকাম কর্ম তৌবশিংনা লাকথোক-লাকশিন্ চৎথোক—চৎশিন লৈতে।" (গীতা ৯।২০) "লাইশিংবু পারাধণ তৌবনা দেবলোক্তা অমুগা পিতরোংবু আরাধণ তৌবনা পিতৃ লোকতা চৎলি" (গীতা ৯।২৫)।

মতিক চারবা গীতা-বাক্যদা পরলোকী বাহৈ লোইন-লোইননা পুনর্জন্মসু ফোংদোকলি। মসিগী মতুং ইমা মথাদা ফোংদোকইবা বাহৈশিংদসু য়াম্বা শেংনা পুনর্জন্মগী মরমদা ইরি। "পোক্লবদি শিবা অমসুং শিরবদি পোকপা শোইদবনি" (গীতা-২।২৭) "হে অর্জুন। ঐগী মশিং লাকপমত্রবা মপোক্ অবতার ওইব্রে। নংসু কয়ারক হন্না পোকপ্রে; তৌইশুম্বসুং মখোইদো নংনা নিংশিংলুবা ঙমদে। (গীতা ৪।৫) "যোগদা লুপ্লবা মীনা শিরবগী তুংদা অশেংবগী মশক ওইরবা সম্পত্তি অমদি যোগীশিংগী য়ুমদা পোকই।" (গীতা ৬।৪১) "মশিং লাকপমত্রবা মপোকশিংদা অভ্যাস তৌজরগা পরম গতি ফংই।" (গীতা ৬।৪৫ অমসুং ৭।১৯)।

মী থরদি অত্রৈব নরকঃ স্বর্গ ইতি মাতঃ প্রচক্ষতে।" (শ্রীমদ্ভাঃ ৩।৩০।২৯) কপিলদেবগী অসিগুম্বা প্রমানগী

ঈচেলদা নরক-স্বর্গনচিংবা পরলোকপু অসিগুম্বা মৃত্যু লোক অসিদা অরোইবা রাখল তৌদুনা কমই। মথোইনা মসিগী রাংবং অসিগী পাউখুমদসু বিচার তৌবা পম্মী:—

"যা যাতনা নারক্যস্ত: ইহাপ্যুপলক্ষিতাঃ।"

অমদি "হুরানবনা চিংবা পাপকর্ম তৌবশিংনা মফম অসিদা অরাবা ভোগ তৌই, মখোইনা অদুগুম্বা নরকনচিংবা ফংবগী মওংদনি। অমদি মতৌ অগুম্বা পাপিশিংনা দণ্ড ফংই মতৌ অদুগুম্বা পরলোকতসু মখোইনা দণ্ড ভোগ তৌবা ভাই।"

নিংথৌ পরীক্ষিত্‌না হংজবদগী শ্রীশুকদেবজীনসু মসি হায়খি মদুদি "ভূলোককী মখাগী লোকনা অসিগুম্বা লোক অসিদগী তোংঙাম্লি।" শ্রীমদ্ভাঃ (৫।২৬।৫) শ্রীমদ্ভাগবতদী মফম অমত্তদা নত্তে, মফম কয়ামুক্তা লেংত্রবা অতনচিংবা লোক তরেৎ ভূলোককী মখাদা অমদি ভুবঃ অসিনচিংবা লোক তরুক্কী মথক্তা হাইদুনা লোক তরামনিগী "ব্রহ্মাণ্ড" অমা হাইরি। অসিগুম্বা মথল-মখা য়াম্লবা ব্রহ্মাণ্ডদা বিরাম্ পুরুষনা ঙানখোইরি। মসিগা মরী লৈননা দেব-পুরাণচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্ অমসুং মথল মখা কয়া অমত্তা ওইনা ব্যাখ্যা তৌই।

আদ্যাচার্য ভগবান শ্রীনিম্বার্কাচার্য্যনসু মতৌ অসুমনা চুম্না হাইরি :—

"উক্তলক্ষণপ্রানাদিমাঞ্জীবো হি সূক্ষ্মভূতসম্পরিষ্বক্ত
এব দেহং বিহায় দেহান্তরং গচ্ছতি।"

(ব্রঃ সূঃ ৩।১।১ শ্রী পারিজাত-সৌরভ)॥

অমদি "জীবত্মানা মতম অসিদা মমাংগী স্থূলশরীরবু থা-
দোক্লগা অতোপ্পা স্থূলশরীরদা চংই, মতম অদুদা সূক্ষমশরীরগা
লোইননা চংলি।" অসিনচিংবা রাস্তাংশি না মখোইগী পুনর্জন্মগী
মরীবু শেংনা ইকায় খুমনৈ। পুনর্জন্মগী ইকায় খুম্নবনা পর-
লোক্কী ইকায় খুম্নবদা শোইদনা সিদ্ধ ওই অদুম্বা মসিগী
খনগংলবা "বেদান্তকামধেনু" (শ্লোক তরা) গী অহুমশুবা
শ্লোক্কী সূক্ষমত ওইরবা লোক-লোকান্তর পুম্নমক্কী দিগদর্শনস্মু
তৌরি। শ্রীপুরুষোত্তমাচর্যকৃত "বেদান্তরত্নমঞ্জুষা" (দশশ্লোকভাষ্য)
অসিনচিংবা লাইরিক্তা মসিগা মরী লৈননা উরি।

মসিগী অচুম্বা বাকমসিবু শমর্থন তৌবা শ্রীনিম্বার্কাচার্যগী
পরবর্তী, শ্রীনিবাসাচার্য, শ্রীদেবাচার্য শ্রীবিলাসাচার্য, শ্রীসুন্দর-
ভট্টাচার্য, শ্রীকেশবকাশ্মীরি ভট্টাচার্য, শ্রীহরিব্যাসদেবাচার্য, শ্রীপুরু-
ষোত্তমপ্রসাদ, শ্রীঅনন্তরামনচিংবা আচার্য পুম্নমক অমদি মহৈ
হৈরবা লাইরিক লেংবশিংনা তৌই। শাস্ত্রগী ৱাহৈশিংগী মতুং
ইন্না সংসার অসিগী প্রমানগা লোইননা অমসুং তর্কদস্মু মখোইনা
পুনর্জন্ম অমসুং পরলোকী বাকমবু সিদ্ধি তৌরি। বাকম
অসি লেংত্রবা, অচৌবা বাখলনি। করিগুম্বা তর্কনা লেংহনবগী
পাঞ্জল লৈতে, পাম্মীবা মখোইনা করম্না মতুং ইন্দুনা চংলিবা।

# 'মৃত্যু মীমাংসা'

"পরলোক" অমসুং "পুনর্জন্ম" গী মরক্তপু "মৃত্যু" নি। লোক অমদা শেম-শাবগী রূপদা চংলিবা খুদম হকচাং-ইন্দ্রিয়নচিংববু থাদোকপা। অমদি অতোপ্পা লোক্তা শেম-শাবগী লক্ষন কয়ানা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবা লৌবনা "পুনর্জন্ম" নি। "মৃত্যু"বু নত্তনা অনি অসিদা প্রমান তৌবা য়াদে। মরম অদুনা পরলোক অমসুং পুনর্জন্মগী হংবীরিবশিংবু "মৃত্যু" গী অশেংবা মশক ওইরবা জ্ঞাণসু অথোইবা কাম্নবনি। "মৃত্যু" গী জ্ঞাণগী মশক মোক্ষ কারণ পোংচংশিংসু অথোইবনি, মরম অদুনা মখেক থংযবা লেখক্না "দৈবত মীমাংসা" গী তুংনকম অসিগুম্বা ওইরবা "মৃত্যু-মীমাংসা" বু লৌরি।

"অথ মৃত্যুঃ কস্মাত্"

অমদি "মৃত্যুগী অশেংবা "মৃত্যত্ব" গী মশক করিনো?" হংলিবগী অশেংবা খাঙাং ওইনা, কপিষ্ঠল, মৈত্রয়ণী অমসুং তৈত্তিরীয় অসিনচিংবা সংহিতাশিংদা খুদম ওইনা "মৃত্যু" বাহৈগী অর্থ:— থনগৎলবা, মথন-মথা অয়াম্বা লম্বী, সতপথ, গোপথ, জৈমিণীয় অমসুং ঐতরেয়নচিংবা বিজ্ঞান গ্রন্থশিংদা খুদম পীহুন। "মৃত্যু" বাহৈগী অশেংবা অমসুং মশিং লাকতুমম্রবা মৌদগল্য, আগ্রায়ন, শাকপুনি অমসুং যাস্কনচিংবদা, অচুম্বনা নৈনহুন। থৌজালগী মঙালনা থংহন্দুনা "মৃত্যু" বাহৈগী অশেংবা পীরি।

মসিদা অথর্ব দেবগী মরি লৈনবা "গোপথব্রাহ্মণ" দা কো:-দোকপা "স সমুদ্রাদমুচ্যত। স মুচ্যুরভবত্। মুচ্যুরেব মৃত্যুঃ।" অশেংবা প্রমান "বিশকন"বু মৃত্যুগী "মৃত্যুত্ব" হাইনা কৌই। অচুম্বা ভগবান্ যাস্কনা ভৌরম্বা 'মারয়তি ইতি মৃত্যুঃ" অশেংবা তাক্ুনা থম্লীববু "মৃত্যুত্ব" হাইনা কৌই। মশিং লাকশুত্রবা প্রমানগী অচুম্ববু মৌদগল্যনা ভৌরম্বা "মৃত্যু চ্যাবয়তি ইতি মৃত্যুঃ" অচুম্বা রাশুংগী শিরবা শরুকপু হুন্দোকপনা "মৃত্যুত্ব" হাইনা কৌরি। অচুম্বদা প্রমান পীরবা আগ্রয়ননা ভৌরম্বা "মুঞ্চিতি ইতি মৃত্যুঃ" অচুম্বা রাকৈশিংবু হুন্দোকপা (কাওথোকপা) "মৃত্যুত্ব" হাইনা কৌই।

মসিদা বিশকলন, অবসান, উচ্ছেদ, কাওথোকপা অমসুং অমসুং ধর্মগী আশ্রয়দা মশক শেমগৎপাদা (ধর্ম) মৃত্যু করিনো? রাহে অসিগী শাইয়োক্তা, কপিষ্ঠল অমসুং মৈত্রায়নী অসিনচিংবা বৈদিকী মশাশিংবা সাতপথ, গোপথ, জৈনিণীয় অমসুং তৈত্তিরীয়-নচিংবা বিজ্ঞানা (ব্রাহ্মন) লাইকরিকু অমসুং আগ্রায়ন, শতবলাক্ষ মৌদগল্য, ঔদুম্বারায়ণ অমসুং ভগবান য়াস্ক অসিন-চিংবনা অচুম্বা প্রমান পীরি। মখোই অসিগী মসুংদা "মৈত্রায়নী" গী মশাগী বিজ্ঞান :—

(১) অগ্নির্বৈ মৃত্যুঃ।

"অগ্নি মৃত্যুনি"

ময়াইথংবা মশাগী মরি লৈনবা "শতপথ"গী বিজ্ঞান :—

(২) সংবৎসরো হি মৃত্যুঃ। এষ হীদমহোরাত্রাভ্যামায়ুঃ ক্ষিণোতি। অথ ম্রিয়ন্তে।

"সংবৎসর মৃত্যুনি। অসিগুম্বা মতম অমসুং অহিংনা মরম ওইবা পুন্সিগী মহেং তাই। মসিগী পোৎ পুম্নমক মহেং তারকই। পুন্সিগী মহেং তারকপস্মু মৃত্যুনি "

"শতপথ ব্রহ্মন" গী অমুক হন্না চৎপস্মু বিজ্ঞাণনি।

(৩) অবাঙ্‌ প্রাণো বৈ মৃত্যুঃ।

"অবাঙ্‌ প্রাণ মৃত্যুনি।"

"জৈমিণীয় ব্রহ্মণ" গী বিজ্ঞাণ—

(৪) অশনায়া মৈ মৃত্যুঃ।

"অরাম খোরাংবস্মু মৃত্যুনি।

"তৈত্তিরীয় ব্রাহ্মণ" গী বিজ্ঞাণ—

(৫) অপানান্মৃত্যুর্নির্ভিদ্যত।

"মশানা মৃত্যু হংবা মরমনা।

কণ্ব-শাখানুবন্ধী "শতপথ" গী বিজ্ঞাণ—

(৬) ছায়াময়ঃ পুরুষো মৃত্যুঃ।

"ছায়াময় ওইরবা পুরুষ মৃত্যুনি।"

"শতপথ" গী পুনরপি বিজ্ঞাণ—

(৭) শ্রমো বৈ মৃত্যুঃ। আদিত্যো মৃত্যুঃ।

"নোঙ্বা মৃত্যুনি। আদিত্যস্মু মৃত্যুনি।

# "মৃত্যু — মীমাংসা"

কৃষ্ণশাখাগা মরি লৈনবা "শতপথ" গী বিজ্ঞাণ—

(৮) প্রাণো বৈ মৃত্যুঃ।

"প্রাণ মৃত্যুনি"

পুনরপি "শতপথ" গী বিজ্ঞাণনি—

(৯) আদিত্যাত্মনা একো মৃত্যুঃ; প্রাণাত্মনা বহবো মৃত্যবঃ।

"সূর্যরূপ মৃত্যু অমনি। প্রাণরূপকী মখল-মখা অয়াম্বা মৃত্যুনি।

"মৈত্রায়ণী শাখা" গী বিজ্ঞাণ—

(১০) একশতং মৃত্যবঃ।

"চাম্মগা অমা মৃত্যুনি।"

"তৈত্তিরীয় শাখা" গী বিজ্ঞাণ—

(১১) অমুমাহুঃ পরং মৃত্যুং পবমানং তু মধ্যমম্।

অগ্নিরেবাবমো মৃত্যুশ্চন্দ্রমাশ্চতুরুচ্যতে ॥

"অহানবা সূর্য মৃত্যুনি। ময়াই ওইবা পবমান মৃত্যুনি। অহুমশুবা অগ্নি মৃত্যুনি। মরিশুবা চন্দ্রমা মৃত্যুনি।"

"শঙ্খায়ন ব্রাহ্মণ" গী বিজ্ঞাণ—

(১২) মৃত্যোর্হ বা এতৌ বজ্রবাহূ যদহোরাত্রে।

'মৃত্যুগী ব্রজ্রগী মশক ওইরবা খুৎ, মহাদি—

অহিং—মুংখিল।"

"জৈমিনীয় ব্রাহ্মণ" গী বিজ্ঞাণ—

(১৩) স যো হস মৃত্যুরগ্নিরেব সঃ।

মখোইগী অহুঙুসা মৃত্যু ওইরিবা, মদো অগ্নিনি।

পুনরপি 'জৈমিনীয় ব্রাহ্মণ" গী বিজ্ঞাণ—

(১৪) অহোরাত্রে মৃত্যু।

"অয়ুক অমসুং নুমিদাং মৃত্যুনি।

"জৈমিনী ব্রাহ্মণ" গী অতোপ্পা মফমগী বিজ্ঞাণ—

(১৫) অগ্নিবায়ুস্সূর্যচন্দ্রমসা মৃত্যবঃ।

"অগ্নি, বায়ু সূর্য অমসুং চন্দ্রমা—মখোইসি-মৃত্যুনি।"

পুনরপি "জৈমিনীয় ব্রাহ্মণ" গী বিজ্ঞান—

(১৬) প্রজাপতির্বৈ মৃত্যুঃ।

"প্রজাপতি মৃত্যুনি। মসিগী মমিং প্রভুগী খুৎশেন্নী।

## মীমাংসা

"কর্ম মীমাংসা" দা চিংনবগা লোইননা পোৎশিংগী কোং-দোকইবশিগী য়েৎন খোৎনবগী মরীদা পুম্নমক অসিগী বেদগী রাহৈশিং অমদি অচুম্বা মতকী মায়বা মৃত্যুগী মশক "ইদমিদম্, ইদমিতথম, ইদমিয়ন্ত" গী মশক ওইনা কোংদোকই।

“গোপথ-ব্রাহ্মণ” দা ফোংদোকপা “স সমুদ্রাদমুচ্যত, স মুচ্যুরভবত্। মুচ্যুরেব মৃত্যুঃ।” বিজ্ঞাণগী মতুং ইন্না পোৎ পুম্নমক্কা লেংদনা লৈবা জীবংগীদমক শরুকশিংগী থোনথোক্ক-চিংবা “মৃত্যুনি। অসিগুম্বা হিংবগী মশকসি অগ্নি, বায়ু, সূর্য অমসুং সোমনা ওই। মরম অদুনা “মৈত্রায়ণী সংহিতা” দা বিজ্ঞাননা অচুম্বা পীরি—“অগ্নির্বৈ মৃত্যুঃ।” অদুম্না অগ্নিনা মিকুপ খুদিংগী পোৎশিংবু ময়েং তাংলি, অদুম্না বায়ূনসু তৌই। মরম অদুগা “জৈমিনীয় ব্রাহ্মণ” দা বিজ্ঞাণনা অচুম্বা ওইরি—“বায়ূর্বৈ মৃত্যুঃ।” বায়ূ মখল অনিনি যাম্য (উষ্ণ) অমসুং সৌম্য (শিব) বায়ু। মখোই অসিদা মফম অদুদা “বায়ু” শব্দগী যাম্য বায়ুনা গ্রহন তৌই। মরম করিগীনো হাইবদা অদুগুম্বা পোৎশিংগী সৌম্য শরুকশিংবু (অমৃতগী) মশক ওইনা পুন্সি ওইরিবা শরুক) পু মিকুপ খুদিংগী ময়েং তারকই। সৌম্য বায়ুদি মখোইবু ঙাকপনি, মরম অদুনা যাম্য বায়ু “মৃত্যুনি। সূর্যসু মিকুপ খুদিংগী পোৎশিংগী অমৃতগী মশক ওইরবা মতোংশিংবু ময়েং তাংন্দুনা লৈ। মরম অদুনা—‘জৈমিনীয় ব্রাহ্মণ” দা বিজ্ঞাণনা চুম্না পীরি:-

সূর্যো বৈ মৃত্যুঃ চন্দ্রমাসু আগ্নিগী মৃত্যুনি। চন্দ্রমাসু সূর্যগী কিরণ অমসুং অগ্নিগী কিরন্দা মৃত্যুনি। মরম অদুনা “জৈমিনীয় ব্রাহ্মণ” না বিজ্ঞান্না ফোংদোকই চন্দ্রমা বৈ মৃত্যুঃ। “চন্দ্রমা” হায়রিবসি মফম পুম্নমক্তা ঈশিংনসু লৌশল্লি। ঈশিং-দা অগ্নিগী মৃত্যুনি। জৈমিনীয় ব্রাহ্মণনা মসিদা মমিংদা ওইনসু

ফোংদোকপদা লৌরি। অগ্নি, বায়ু, সূর্য অমসুং চন্দ্রমাগী মশক মৃত্যুশিংগী মথং মনাও "রোহিত" "অজির" 'গ্রোচত' অমসুং 'অতস্যত" মখোইসিং অসি মমিংদনি। মসিদা অথোইবা, ময়াই ওইবা, অমসুং ফত্তবা শরুকপু বিজ্ঞাণ (ব্রাহ্মণ) লাইরিক্তা ফোংদোকলি। মসিগী মরমদা 'তৈত্তিরীয় ব্রাহ্মণ'গী নৈনবা ঃ—

অমুমাহঃ পরং মৃত্যুং পবমানং তু মধ্যমম।
"অগ্নিরেবায়মে, মৃত্যুশ্চন্দ্রমাশ্চরুচ্যতেঃ।"

সূর্যগী মশক অনি লৈ—বাহ্য অমসুং আভ্যান্তর মসিদা বাহ্য—সূর্যনি আভ্যন্তর থবাই পানবগী মশক্তা থবাইশিংদা লেংদনা লৈ। থবাইগী লেংদবসু শোমশরুক মমক্তা থবাইসু মুংঙাইনা লৈ। থবাইসু মিকুপ খুদিংগী মতোংগী মশক ওইরিবা জীবণ থণ্ডবু ময়েং তাহনবদগী "মৃত্যু" ওই, মরম অদুনা "শতপথ" দা বিজ্ঞাণ-না প্রমাণ তৌরি—"প্রাণো বৈ মৃত্যুঃ।" মসিদা সূর্যগী মশকু ওইরিবা মহাক্না হকচাংগী মপালদা শন্দোকই, প্রাণগী মশক ওইরীবা অদুগুম্বা হকচাংগী মনুংদা শন্দোকই। অসিগুম্বা অনিগী মশক ওইরবা বাহ্য অমসুং আভ্যন্তর খুডমবু বেদান্তশিংদা "অন্তর্ব্যাপ্তি" অমসুং "বহির্ব্যাপ্তি" কৌই। অসিগুম্বা মকওই-বসিংবু খংউদবগী মরমনা মতিক্কু চাদবা থরনা পরমাত্মাবু জীবাত্মাদা অন্তর্ব্যাপ্তি ওই, অমদি বহির্ব্যাপ্তি ওই—মসিদগী লৌদুনা অচৌবা বেদগী মচুংইনবা ওই। মসিবু ব্রাহ্মণ-গ্রন্থদা

খুদম পিদুনা লৈরিবা থুপ্লবা অচুম্বা জ্ঞাণবু খংদবদগী মথোইনা লৌদবুনা জ্ঞাণ য়াওদনা ফত্তবা য়াথংদা লুপ্তুনা লৈগনি। অগ্নি বায়ু অমসুং সূর্যনা মরম ওইদুনা অনিংবা পোৎতু ফোংদোকপা সোম অংগুনা মিকুপ খুদিংদা ময়েং তাহন্দুনা সংবৎসরগী মতেং ওইনা অহিং মুংথিলনা মরম ওইদুনা লৈ। মরম অদুনা 'শতপথ ব্রাহ্মণ' দা বিজ্ঞাণ অসি ফোংদোকই "সংবৎসরো হি মৃত্যুঃ। এষ হী দমহোরাত্রাভ্যাম্যুঃ ক্ষণোতি। অথ ম্রিয়ন্তে।" নোঙ্মসু অগ্নিগী মশকনি। মহাকসু অমৃতগী মশক ওইরবা সোমকলাশিংগী ময়েং তাহল্লি। মরম অদুনা "শতপথ" দা বিজ্ঞাণনা ফোংদোকলি—"শ্রমো বৈ মৃত্যুঃ"। মদুদগী নোঙ্মনা মীওইবনা অরোইবা ওই। কুপ্লবা জ্ঞাণগী মশক ওইবা অদুগুম্বা মশক অদুদা লৈরগা "জীবণ" নি। মদুদগী থাদোক্লগা "মৃত্যু" নি। অপাম্বনা মরম ওইবা (অয়াম থোরাংবা) দগী জীবনা অদুগুম্বব থিবা ওইনা থাদোকই। মরম অদুনা "শতপথ" দা বিজ্ঞাণনা ফোংদোকলি "অশনায়া বৈ মৃত্যুঃ"। মৃত্যু হাইবা মওং অমগী কলা অসিদা আগ্নিয়না প্রাণনি। মরম অদুনা কাণ্ব "শতপথ ব্রাহ্মণ" দা বিজ্ঞাণনা ফোংদোকই—"ছায়াময়ঃ পুরুষঃ মৃত্যুঃ। পুরুষগী অর্থ বেদশিংদা প্রাণনি। প্রাঙ্ প্রাণ সূর্যনি। অবাঙ্ প্রাণ অগ্নিনি অগ্নি মৃত্যুনি। মরম অদুনা "শতপথ" দা বিজ্ঞাণনা ফোংদোকই:— "অবাঙ্ প্রাণো বৈ মৃত্যুঃ। অসিগুম্বা অবাঙ্ প্রাণগী প্রাণশিংদা আত্মাজ্ঞা লৈ। মরম অদুনা "তৈত্তিরীয় সংহিতা" দা বিজ্ঞাণনা ফোংদোকই

"অপানো বৈ মৃত্যুঃ। পোৎ মথল অনিনি অমৃত অমসুং মৃত্যু। মসিদা অমৃত ওইরবা পোৎশিংগী চ্যাবণ ওইদে, মরমদি মহাকৃতি অমৃত ধর্ম নি। মৃত ওইবা পোৎশিংগী অাবাঙ্ প্রাণনা চ্যাবণ ত্তৌই। মরম অদুনা শতবলাক্ষ মোদগল্যনা "মৃত্যু" হায়বু "মৃতং চ্যাবয়তি ইতি মৃত্যুঃ"। অরেপ্পা হায়াং পীরি। মকম অসিদা 'মৃত" হায়বগী অর্থদা মত খেন্নে। মহে হৈবা খরনা মাংহনবা য়াবা পোৎশিংবু মৃত ওইনা লৌই। মখোইগী মতত্ত মাংহনবা য়াবা পোৎশিংগী পৃথিবী, ঈশিং, মুংশিংনাচিংবগী কুপ্পবা পোৎশিংবু লৈদুনা পুবনা মরম ওইদুনা অবাঙ্ (পার্থিব) প্রাণ মৃত্যুনি। অতোপ্পা বিদ্বান্‌না "মৃত" হায়বু প্রাণ লৈত্রবদুবু অশেংবা অর্থ ত্তৌই। মখোইগী মততা প্রাণ লৈত্রবা পৃথিবী, জল অমসুং বায়ুশিংগী মহী থী-য়ুং অমসুং অপান বায়ুগী মশক অহাঙ্ প্রাণনা ত্তৌই। মরম অদুদগী "মৃতং প্রাণহীনং বস্তু চ্যাবয়তি ইতি মৃত্যুঃ"। অশেংবা হায়মদা "অপাণ প্রাণ" "মৃত্যু" নি। অসিগুম্বা "মৃত্যু" সূর্যগী মশক অমনি, পোৎ পুম্নমক্তা প্রাণগী মশক্তা লৈবা মথল মথা অয়াম্বা; মরম অদুনা "শতপথ" দা বিজ্ঞাণ ত্তৌরি :--

"আদিত্যাত্মবা একো মৃত্যুঃ প্রাণ ত্মনা বহবো মৃত্যবঃ॥

মৃত্যুগী অহিং অমসুং নুমিদাংদা বজ্রগী মশক ওইবা পাম্নোম লৈ। মরম অদুনা "শতপথ" দা বিজ্ঞাণনা ফোংদোকই —

"মৃত্যোই বা এতৌ বজ্রবাহু যদহোরাত্রে॥"

নৈরুক্ত ভগবান্ যাস্ককৃত "মারয়তি ইতি মৃত্যুঃ। অশেং-বা ওইনা মরক্ফংনা মাংহনবা, মথং মনাও ওইনা লাকপা, অমসুং লোইশিনবা, "মৃত্যু নি হাইরি; তৌইগুম্বসুং অসি-গুম্বা থবক অসি যমগীসু থমমীমাংসাগী অনিশুবা অধ্যায়দা হাইরি। তৌইগুম্বসুং মিকুপ থুদিংগী মাংশিল্লকপনা "মৃত্যু" নি। অমদি মরু ফংনা মাংহনবা "যম" নি।

## "চাম্মগা অমা অশিবনি"

যজুবেদগী উপনিষৎ ওইরবা ঋষি, ( কঠ ) মৈত্রায়ণী অমসুং কপিষ্ঠল অসিনচিংবা বেদগী শাখা ওইবশিংদা চাম্মগা অমগী মৃত্যুশিংবু হাইরি। মখোই অহুদা ইন্দ্রিয়, বধ, রোগ, শোক অমসুং কাম-ক্রোধনচিংবা মৃত্যু চাম্মনি। মখোইগুগী প্রতীকার (চিকিতসা) নি। তৌইগুম্বসু মথং মনাও ওইবা মশকী শিবা হাইবা অমগী করিগুম্বা উপাই অমত্তা লৈতে। মীওইবশিংগী দমক্তদি মহাক্কী নিংবগী মতুং ইন্না জীবিত ওইনা পুন্সিবনা অমৃতগী মশকনি।

### "বেদমন্ত্রনা খোরম্বা"

"নিরুক্ত" দা ভগবান্ যাস্কনা "মৃত্যু" গী স্তুতিদা "তস্মৈষা ভবতি" ঙপথবগা লোইননা "পরং মৃত্যো অনুপরেহি পন্থাম্"

পূকতা শিন্নবা চাক্ ঈশিং অমস্যুং মু'শিংনা শিবগী শরুকশিংবু থকতবা ( মপান্দা হন্দোকপা ) অসিদগী "মৃত্যু" হায়রিবসি কোং-দোকলি ; তৌইগুম্বসুং বৈদিক বিদ্বানশিংগী মতা মিৎ, নাকোংনচিংবদা লৈবা খোয়রীগী শরুক্তা মপান্দা লংখোকপা মরমনা "তত্ত্বপ্রাণ" স্যু "মৃত্যু" নি।

## "মৃত্যুগী—উপযোগ"

অধিভূত, অধ্যাত্ম অমস্যুং অধিদৈবত-হাইনা খেন্নবা মওং অহুমগী সংসারদা "মৃত্যু" প্রাণগী উপযোগ ( কার্ম ) থবকশিংদা মতিক চানা য়েন্থোকনবা পোকই। মতম অসিদা অমৃত ওইরবা পোৎ অমা ওই অমস্যুং মৃত্যু হাইবা পোৎসি ওইদ্রবদি অহুগুম্বা মওংতুদা পো অমগী পাঙ্গল লৈগনি। পোৎ লৈত্রবা মতিক চানা য়েন্থোকপ্রিবা অহু মিংকী মমাংদা নত্তে। অমত্তগা মান্নবা পাঙ্গল অগ্নি অমস্যুং সোম অমর ওইবা পোৎ অমা পোকপা হুম্মী। মৃত্যুগী অরুবা পাঙ্গল অনিসিনা মথল মথা অয়াম্বা পোৎশিং পোকই। অমৃত অমস্যুং মৃত্যু-রাখলদা প্রজাপতি ( পরমাত্মা ) গী ইচ্ছানা কারণ ওই। পোৎ লৈতবা মতিক চানা য়েন্থোকখিবনা মসিদগী তুংদা লেংদনা লৈবগী রাখলনা মতেং ওইবা মওংদা প্রমাণনি। রাখলবু পূক্লিংনা নত্তনা শিংথারুবা ঙমদে, মরম অহুনা অর্থাপত্তি প্রামাণদগী অসিগুম্বা পূক্লিংগী মতেংনা প্রমাণ ওই। "পূক্লিং" স্যু পূক্লিংনা য়াবা নত্তনা শিংথারুবা ঙমদে। অসিগুম্বা অপাম্বসি 'প্রজাপতি)-

গী মতেংনা প্রমাণ ওইবনি। অসিগুম্বা প্রজাপতিসি ধাতু অহুমগী মশকনি। মণঃ প্রাণ অমসুং বাক্—অহুমগুম্বা পুক্নিংনা য়াবা প্রজাপতিগী ধাতু অহুমনি। মসিনা "বাক্" ধাতুদা মতিক চানা য়েনখোকপা "প্রাণ" ধাতুদা লাকই। অসিগুম্বা প্রাণনা মৃত্যু পদার্থ ওই। প্রাণদা মতিক চানা য়েঙ্খোকপানা "মণ" দগী ওই। মতৌ অসুম্না অসিগুম্বা সংসারদগী হৌপ্রবা মতিক চানা য়েঙ্খোপ্রবা মৃত্যু (প্রাণ) দগী পোকই। মসিদগী সংসারদা "মৃত্যু" গী মঙ্গলগী মশক ওইবসু সিদ্ধ ওই।

## "মথল অনিগী মৃত্যু"

মৃত্যু অসি মথল অনিনি—অমনা শোমগী মৃত্যু, অতোপ্পা অমনা অগ্নিগী মৃত্যু। মসিদা শোমগী মৃত্যু "যম" নি। অগ্নিগী মৃত্যু "আপঃ" (জল) নি। মসিবু "অশনায়া" অরাম্বসু কৌই। যমগী মশক ওইবা মৃত্যু কংলবগী স্বভাব অমসুং অশাবনি। মসিবু মুংশিবনা নিংবা, অমদি মুংশিববু (আত্মাসাত) মশাগী থৃহম চন্না থম্লগা পোৎপু কোম্না—হকচাংগী শরুক পুম্নমক্ মাংহল্লি। চানিংবা (অরাম-খোরাংবা) মশক ওইরবা মৃত্যু অহনা পোৎসিংগী সংহার তৌই, পোৎনা হকচাংগী শরুক্ পুম্নমকপু পুক্তা নিয়ম্না শেম্লগা মহৈ অহুনা মরম ওইদুনা মাংহল্লি। পোৎ অমা মাংহলবনা অতোপ্পা পোৎকী শেম্বনি। মতৌ অসুম্না মখোই অনিগী অসিবগী পোৎ লৈত্রবা ওইনা অরেপ্পা থংনবদগী মঙ্গলগী খোংচৎনি।

## "রসায়ণ—শাস্ত্র"

'রসায়ণ" শাস্ত্রগী মতিক চাবা অসি ঐনা মফম অসিদা লাইশিংগী বর্ণো (মচু) গী মওংদা কোংদোকলি। বেদশিংবা মচু খেন্নবগী মরম সৌর (মঙালগী মচেৎ) আগ্নেয় (মৈ) বায়বব্য (নুংশিৎ) অমসুং পার্থিব (লৈবাক্তা মরী লৈনবা) রশ্মি (তত্ত্ব ওইরব মঙাল) গী তোংঙাল তোংঙানবন্থ তিম্নবনি। "ঐতরেয় ব্রাহ্মণ" দ মৃত্যুগী মচুসি "কৃষ্ণ"নি হাইনা লৌই। অমুবা মচূদা করিগুম্বদস্ম মঙালনা ওলহনবা মাদে। কৃষ্ণ বর্ণ হাইবসি শুপ্নগী শেংলবা লৈবাক্তা মচুগা তিনবা মৈ মৈরাগুম্বনি।

## "মৃত্যু" গী মূর্ত্তি

পোংশিংগী মওংদা কোংদোকইবা লৈশিন্নবা পোং হকচাংগী শকক্সা মিকুপ খুদিংদা শিবা, (পাঙ্গল লৈতবগী মতৌগুম্বা মাংখরকপা) মরমদগী আগ্নেয় ওইরবা প্রাণনা অথোইবা "মৃত্যু" নি। মসিগী মূর্ত্তিগী খুদম মসিগী অশেংবা জ্ঞাণ অমসুং মসিগী উপাসনাগী মরমদা শাস্ত্রগী চিংনবা পুন্নমক্ শ্রীমুন্সি কৃষ্ণরাজ ওউয়ারনা "শ্রীতত্ত্বনিধি" ওইরবা লাইরিক্তা "শৈবাগম"-গী তুংনফম ওইনা কোংদোকই :—

পাশখড়্গাঙ্কুশগদা ভাসমাণকরাম্বুজম্।
গীর্বাণগণ বন্দ্যাংঙ্ঘ্রিং মৃত্যুং মহিষাবহনম্॥

"মৃত্যু হাইবসি মহিষবাহণণি) মহাক্সা লাই পুন্নমক্তা

মদি শুইবা মমাদা শেংলবা চরণকমলনি। মদুক্তা খুৎ মরি পল্লি। মতুদ পোৗরী, পাং, শঙ্খ কত্তি অমসুং গদা খুৎলাই অসি পাই

## "মরণ রহস্য"

মতুংগী বাংগ অসি "মৃত্যু" নি হাইনা জাগ লৈতবগী খংনবা মরমনি। জাগ লৈতবা হাইবসি মফম অসিদা অমত্তোম্থা লৈংনে "মরণ" নি। লাইশিংনা মরম ওইদুনা মহাক্কী শ্রীচরণবু খোরমজবা অসি প্রাণশিংগী কয়ারক ওইরবা শিং-থারুবা চুমথরবা মরমনি। অমদি মৃত্যু প্রাণশিংগী ময়ারক কন্না শুল্লকপদগী থানবা য়াদ্রবা উইরনি। মহাক্কী মখুৎ মারিনা মাইকৈ মরিমক্তা মহাক্কী লম্বীদা শক্তোকলিবনি। মখুদা ফোংদোকইবা পাশা, খড়্গ, অংকুশ অমসুং গদা শিবনা মরম ওইদুনা মিকুপ খুদিংগী মখেং তারকপা অসিনা খুদমনি। পাশনচিংব পুম্নমক অসি মাংন্নবগী খুদমনি।

## "প্রতিভট"

"মৃত্যু" গী য়েক্লবগী অমৃত ( মঙাল ) নি। যমগ লোই-নদুনা মসিনা মাংহনবদা ধর্ম অমনি। সুমিৎ খুদিংগী মাংহনবা অমসুং য়াম্বা মক্লয়াওনা ফুকতোকপনা—যম, যম অমসুং মৃত্যুদা খেন্নবসুনি।

## "বংশ"

"মৃত্যু" গী বংশগী মরমদা বেদশিংগী মতনি মথুদি সংসারগী মরুদা মহৈ-মহৈ অপনবা ওইবা স্বভাবতগী "রস" অমসুং "বল" হাইনা কৌবা তত্ত্ব অনি লৈ। "রস" অমসুং "বল" গী মহৈ "অমৃত" অমসুং "মৃত্যু" নি। অমৃত অমসুং মৃত্যুগী মহৈ "স্থিতি" অমসুং "গতি" নি। মসি মমাংদৈভদগী হৌনা মৃত্যু "বল" তত্ত্বগী শাগৈগী মচানি।

## "মৃত্যুগী তান বিবর্ত"

অধিভূত, অধ্যাত্ম অমসুং অধিদৈবত হাইনা খেন্নবদগী "মৃত্যু" গী কোয়বা অহুমনি মসিদা বিষ সর্প অমসুং বৃশ্চিক "অধিভূত মৃত্যু" নি। প্রাণ "অধ্যাত্ম মৃত্যু" নি। অগ্নি সূর্য, বায়ু অমসুং চন্দ্রমানচিংবা "অধিদৈবত মৃত্যু" নি।

## "মৃত্যুগী মশক অহুম"

ভূতরূপ, প্রাণরূপ, অমসুং অভিমানীরূপ হাইনা খেন্নবা মৃত্যুগী মশক অহুমনি। মসিদা অগ্নি, সূর্য, বায়ু, চন্দ্রমা অমসুং পোৎ খুদিংমক্তা ভানথোইরিবা প্রাণ "ভূতবিধ মৃত্যু" নি। মসিদা ভানথোইরীবা "প্রাণ" প্রাণবিধমৃত্যু" নি মথোই পুম্নমক্কী প্রাণশিংদা ভানথোইরীবা "চেতনা ধাতু" অহংকার) অভিমাণীরূপ মৃত্যুনি।" মসিদা "ঐ মৃত্যুনি"—মহাক্না নাপল ভৌরবা, মহাক অহং "অভিমনাণীরূপ মৃত্যু" নি। অহংগুম্বা নিংশিংনবগী পাঙ্গল

অমসুং ইন্দ্রি পুম্নমক্কী পাঙ্গলনি। মসিগী কান্নবা উদ্দেশ্যসি ঋষি সংকুলকনা "চক্ষুষ্মতে শৃণ্বতে তে ব্রবীমি" হায়না হাই।

মতৌ অসুম তৌদুনা মৃত্যুগী অসিগুম্বা মীমাংসা অসি দেবগী মায়কৈদগী ওইরি। মসিগী মখক ওইরবা জ্ঞান "পরলোক অমসুং পুনর্জন্ম"গী মরমদা সংবিরকপা শিংদা য়াম্না কান্নগনি। শ্রীগীতাচার্য্যনা অসিগুম্বা মৃত্যুগদীমক :-

"দেহোঽপি চাতিকদম্বোব মৃত্যুং প্রতিপরমনঃ"

হায়না হাইরম্মী ॥

## "পরলোক অমসুং পূনর্জন্মগী সত্য সিদ্ধান্ত"

ভৌতিক জগত অসিদা অসিগুম্বা নিয়ম অসি মী পুম্নমক্না খংলে, মহাক্না তৌরিবা ক্রিয়া খুদিংমক্কী থিবা চুমদবা ফল-লৈ। মীওইবা জগৎনা লেংদ্রবা মশক্না থাজনরি। মতুংদি মহা তৌরবদি মহে অদু ফংদুনা ভোগ তৌগনি হায়না। কর্ম খুদিংমক্কী মতুং ইন্না মহে অদু ভোগ তৌবা তাই। অশেংবমক ঐখোইনা উবা ফংই মহাকদি কনাগুম্বা মীনা য়ূথকলুরবদি মহাক অদু ময়াই কাদুনা, নিংশিংনবা জ্ঞাণ অদু মাংখিবদগী ওম্না তৈনবা ঙাংই, তুরোই মরোই চৎলি মতিক চাবা থবক তৌবা ঙমদে, কন্নারক হন্না ফত্তবা মফমদা ওন-থোইদুনা লৈ। থবক্কী মহে চাবা অদু মখোই অশুম্বা অশেংবা ওইবা উবা ফংই।

মখল কয়ামুক্কী কর্মগী মহৈ অসি হুনা খুংগু ফাংই তৌইগুম্বসু কর্ম হৌরগী মতৌনা মশাক্সা তৌই মহুদি মহুৎ মহৈ অং থবক অমুগী অরোইবদা– করি করিবগুম্বা ঙরম্বা মতম কয়াগী তুংদা উবা ফাংই। মীওইবা পুন্সিদা নুমিং খুদিংগী মখল-মখা কয়াগী কর্ম তৌরনা লৈ। হকচাংনা, খোল্লাউরা, পুক্নিংনা কমঘোয়বী ওইরবা মীওংবনা অতৈংপা লৈতনা কর্ম তৌদুনদা লৈ কর্ম নত্তনা মিকুপ অমা ফাওবা মখোইনা লৈবা ঙমদে “নাহি কশ্চিত্ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্মকৃৎ” অসিগুম্বা বাহৈ অসি অশোংবা পাউতাকনি। অসিগুম্বা মশিং লাকপ্তমদ্রবা কর্মশিংদগী হৌরদি থুনা মহৈ ফংবা, হৌরগা তপ্পা তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা জীবন্দা মহৈসু ফংনবা ওই। মদু ওইহনসু কর্ম পুন্সমক্কী মহৈগী মশক ওইবা পুন্সিমক অমুক লোইনা ভোগ তৌবদি অসিগুম্বা মপোক্কা ওইথোক্তে। পুক্নিনা লোইবক-পগা লোইনদ্রবা কর্ম পুন্সমকপ লোইদি– অসিগুম্বা বাহৈ অসি শাস্ত্রগী নত্তবা অমসুং বাখলগী মাইগৈদনি; মরমদি কর্মনা কৈদৌঙৈদসু ফল ফংদনা মংদে। মসি পুন্সমগা যাম্নরবা অরেপ্পা অচুম্বনি। মতুংদা চাবা ওম্নরোইদবা কর্মশিংগী মহৈ চাবগু জীবনা কৈদৌঙৈ তৌব ঙমগনি?

তোংঙান তোংঙানবা ধর্মশিংদা থেম্নবা মওংনা প্রশ্ন অসিগী অচুম্বা পীনবা কয়া হোৎনপ্রে। ঈশাই, ইসলাম অসিনচিংবা কয়াগী মতকী মতুং ইন্না “জগত্কী মমৈদা ঈশ্বরনা জীব পুন্সমক্কী কর্মশিংবু থম্নরগা অফবা কর্ম তৌরকপশিংবু স্বর্গদা অমসুং

ফত্তবা কর্ম তৌববু নরকতা অহনুবা কর্মশিংগী অফংবা মহৈ অহ চান্নবগীদমক থাই।" তৌইগুম্বসুং অসিগুম্ব বাখল অসি নাইতে চাবনি হাইনা খনদে। অপিকপা মপোক্তা তৌখিবা কর্মগী ভোগ অহ মতম শানা তৌহনা লৈবা সাবরা—মসিদি অন্যায়নি। অহুগা ন্যায়দানদা অশংক য়াম্না লুপ্পনা লৈনরিবা অসি কুইরে হাইদুনস্থ ধর্ম নত্তে হাইবা য়াবরা। অকাওববু শেংদোকুনা জীবগী অফবা মতিকচাবা "সুসংস্কৃত" ওইবা অমদি অবাংবা শেংবগী মতম ফংবা অসি অচম্বা জীবনগী মতিক চাবনি হাইনা লৌনৈ। ভগবানগী রাজ্যদা অসিগুম্ব খুদোং চাবা ফংত্রবা, রাকম অসি ভগবানগী ন্যায়প্রিয়তা অমদি মাগী থৌজানগা লোইনদবদগীনি।

মহাকী সনাতন ধর্মদা মসিগী অচুম্বা বাখল অমদি জ্ঞানগা মাননা হাইরি। জীব অহনা অহুম্বা কর্ম তৌরবা, মহুগী ফল অহ চাননবগীদমক অতোপ অতে প্না লোক লৈ, মহুদা মখোইনা মশাগী অফ ফগ কর্মশিংগী মহৈ অহু ফংই অমদি কর্মশিং খরগী মহৈ চানবগীদমক্ অসিগুম্বা মর্ত্যলোক অসিদা হন্না; তোংডান তোংডানবা যোনিশিংদা পোক্লগা মহৈ চাই অমসুং মীওইবা ফংলগা মহাক্কী চাওখংনবা মতম অহ হন্না-হন্না ফংই অমসুং মথং মনাও ওইনা মশাগী কর্ম পুম্নমক চারগা ময়েং তারক্লনা, অরোইবা খোংচৎতা অমুক হন্না নুংঙাইবা অয়িংবগী মশক ওইবা মুক্তি ফংই। মসিবু শাস্ত্রনা মসিগী অচুম্বা কয়াগী মফমদা পাউতাকপীরি।

মতৌ অসুম তৌহনা পরলোক অমসুং ইহলোকতা অমুক হন্না পোকপগী বিচার অসি শুপ্পগী তর্ক অমদি প্রমানগী মওংদা ফোংদোকই. তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী পুজা তৌনবগী মশক ওইরবা ইপা-ইপুশিংনা কল্লবা তপস্যানা মরম ওইহনা অশেংবা মিংয়েং ওইহনা অমদি ফংহনা অহৌগুম্বা অচুম্বা (সত্য) গী অশেংবা জ্ঞান ফংই। শুপ্পগী তর্ক অমদি ভাবনা শাহনা তুংনফম ওইরবা পরলোককী অচুম্বা অমদি অমুক হন্না পোকপগী (গ্রহণগী) অশেংববু মখোইনা চুম্না লেপ্পা ঙমদে, তৌইগুম্বসুং অশেংবা জ্ঞানগী পাঙ্গলনা মসিগী অশেংবা ওইরি।

মীওইবা কয়ামরুমগী পোক্লকপদা লোক অসিগা মরি লৈনদবা বুদ্ধিনচিংবা ওই, অপংব, অঙাংবু পুর্বজন্মগী মফমদা, তুংফম খোকপা মীগী অঙক অঙকপা তৌনবগী জ্ঞান অহৌগুম্বা প্রমান কয়া ফোংদোক্লুনা উংলকপনা অসিগুম্বা মংলমখা অয়াম্বা খুদম্বা প্রমান ওইরক্লুনা (ফংলক্লুনা) থুংলে। হৌজিক মতম কয়ামুক্তগী ওইখিহনা লাক্লবা অসিগুম্বা রাফম অ'সদা থাজবা, ঙমত্রবা নোংচুপা দেশশিংগী বিদ্বানশিংনসু পরলোক বিদ্যাগী মরমদা তম্বগী থবক অসি হেনগংলকই অমসুং তপ্পা-তপ্পা মখোইনা পরলোক, অমদ পুনর্জন্মগী অচুম্ববু থংননবগী অমদি ইকায় খুম্নবগী মাইপেদা ওনশিল্লি। অতুগুম্বা ধর্ম মশিংদগী মত্তেংবু মখোইনা লৌই, মহৌবু যাদবদগী হৌজিক্তু মখোইদা অমগা অমগা পুকচেল তিন্নদবা কয়া ফংলি। অহৌ ওইহনসু

অচুম্বগী মশক কয়াবু অরোইবা অশাগা লোইননা মথোইনা অসিগুম্বা অচুম্বা অসিগী থাঙ্গৈশেংবা লম্বীদা চংশিল্লি।

অশুম্বা কুপ্পবা মিংয়েংনা ভম্লবদা ইশাগী (রাথলগী) ধর্মগ্রন্থদা "অশেংবা বাইবল" দা ভগবাননা রাথলগী অচুম্ববু ভগবানগী মুখারবিন্দদগী হাইদোক্লকপা রাৈদেগী খংব ভম্মী মহৃদি ভগবানগী অচুম্বা ধর্মগী গ্রন্থবু মাইপৈ মরিমক্পা অমদি ইকায় খুম্মবা উৎনবা ওই. লেংদনা লৈরবা মও: (ঈশ্বরবু) ময়াই ওইবা ভারতকী ওন-তৈননা য়েংলিবা ঋষিশিংগী অচুম্বা সিদ্ধান্তনা খংহননবগী উপায়নি; ভৌইগুম্বসু্ং অশেংবা মিৎয়েংনা মসিবু তম্বনা অথোইবা কান্নবনি।

পরলোক অমদি পুনর্জন্মগী সিদ্ধান্তগী মরম অসি মীথুদিংমক্লা খাংবা ঙম্মী মহৃদি মহাক্কা অরা সুংঙাই. অচৌ-অপিক অচুম্বা গুণশিংগী ওইবা ওইদবা অসিনচিংবা পুম্নমক মহাক্কী নহাল অমুক্কী মপোক্ক তৌরকপা কর্মগী মহৈনি অহৃগা। অসিগুম্বা মপোক অসিদা মহাক্ক। মশাগী কর্মদা অক্ষবা ভৌজরবদ (শেংদোকচরবদি) মপোক অসিদা মহাক্কা থ্বাইদগী অথোইবা অমসুং সুংঙাইবা ফংবা ঙম্মী অহৃগা মহৃদা মসিমস্থ থাজৈ মহৃদি জীবনগী অরোইবা পাউতাক—মোক্ষ, অদুবু মপোক অমদা ফংদ্রবস্থ মহাকীদমক অথোইবা থবক কয়ানা পুক্কিং চংনা লৈবনা লাককদৌরিবা মপোকশিংদা মহাক্কা মশাগী মোক্ষগীদমক অথোইবদা মতিকচাবা শেম্মী, মমৈদা জীবন-মরনগী অরা-সুংঙাই পুম্নমক লাম্থোক্কনা মশাগী লেংপ্রবা অশেংবা-জ্ঞাণ বিদ্বান—মুক্তা—

(লোন থোকপা) সচ্চিদানন্দগী মফমদা লেংদনা লৈ। মঙ্গল ওইবা উমলে।

অথোইবা কর্মনা মরম ওইনা পীরিবা, মীওইবগী মশক শিংগী নিপা থোকপা হাইনা কৌনবগীদমক্ অসিগুম্বা অচুম্ববু থম্মোইদা চেংনা থম্বনা মীওইবগী মঙ্গলগীদমক অথোইবা কাম্নবনি। ঙসিদি মসিগী মরমদা অমম্বা ওইনা থবা শম্ফোকপ্রে অংগা করিগুম্বা অমম্বা তৌদনা কনাগীসু থম্দনা লাইশিংগী বাবু মীওইবগী হৃদয়দা কাপ্পুনা ফমদুনা লৈ। মসিদগী মশাবু কাওথোক্লুনা সুংউাইবা ওইনা. অশেংবা কর্মগী অচুমববু, অচুম্বা হৌখ্রবশিংবু পরলোক অমসুং পুনর্জন্মগী অচুমবা সিক্ষাগুবু থংলগা অচুম্বা কর্মনা পেনবা, অতুৎ-অধম লৈতনা নোমজনা লৈবনা অমদি মহৈগী মশক ওইনা ইহলোক অসিদা নিপা থোকপগী মতৌ অমসুং মংদা চাওখৎপা ফংবগা লোইননা মুক্তিগী লম্বীদা মকোক থইদুনা মীওইবগী জীবনদা কমাবা তৌবনা অফবনি। মসি ধর্মনি :—

"যতোঽভ্যুদয়ণিঃ শ্রেয়সসিদ্ধিঃ স ধর্মঃ।" (বৈশেষিক)।

নশাগী সনাতন ধর্মদা তাকইবা অদুগুম্বা য়াম্না চাওরবা অচুম্ববু জীবনদা লৌশিন্দুনা নশাগী ওইবা সমাজ পুম্নমককী মীওইবন চৎথরকপা অদুগী মতুং ইন্না অথোইবা অশেংবা জীবনগী চংপা—ভাংবনচিংবদা ইকায় খুম্নবা শেমবা অদুগা মপুং ফাবা মীওইবা জাতিগী ইকায় খুম্নবা লম্বীদা চৎনবা শেম্বা। মসি মতমগী মতুং ইন্না পামজবনি॥

# পরলোক অমদি পুনর্জন্ম সম্বন্ধী বিচার

অত্রাগী চাংচংবা অমদি ভাগ্যগী "ধর্ম্মগী রাংকল" সংগ্রাইবা—অহৈংবা অমসুং প্রেমগী পাক চাওনবগীদমক পাপ-তাপশিংগী কম্ম গীদমক পরলোক অমসুং পুনর্জন্মবু থাজবা অসিনা অংগাংবা কান্না নি।

ঙসিগী সংসার অসিদা অহুমশুবা পাপশিনা চাওখৎলকলি—মিনম্বা, ওইদবা, হুরানবা, হিংসা, নংবা অমসুং ফত্তবা থবক-শিংনা হেনগৎলকলে. মীওইবগী মতৌশক্সা হৈবাক্তীসু মহৈ মহৈ যেক্লবা মুংশিনথবদগী হেন হৈনবা হেনগৎলকলি, অকনবনা অশোনবু অরাবা পীবি, মীওইবনা নীতি অমসুং ধর্ম্মগী লম্বী থাদোকতুনা চুমদবা ধর্ম্ম নংবা কয়াদা মুংচাইহনরি, সংসারগী চাওখৎপা অমসুং সংসারগী মুংচাইববু মীওইবনা মশাগী মতিক চাবা ওইনা লৌরি অদুগা মতুবু ফংনবগীদমক মীপুম্নমক্না চোক-শিন্না হোৎনরি; মুংচাইবা অমসুং ইন্দ্রিয়বু পেলহনবা অমদি মুংচাইহন্নবদা হেনগৎনরি চাবা য়াবা য়াদবা খন্দনা চাবা তাম্নরী. নৈয়েংগী মহাও অমসুং হকচাংগী পোত্থানবগীদমক অতোপ্পগী অরা অনা করিসু খল্লবা নৈতে. ময়াই কারবা পোৎশিংবু শন-দোকপা তানখৎনরি, চুমদবা অমাদ ওইদবদা মশাগী ওইনা চাওখৎনব তাম্নরি। অমনা অমগী মকমদা মীওইবগী থাজবা অদু ময়েং তাহল্লি, হেন-হৈনবা চাওখৎলকলি, অরানবা মাশংনা

হেল্লা খোইনা হেনগৎলকলি. চিংনবা খংঙমদবা কয়ানা হেল্লা হেল্লা চাওখৎলকলি মচুদি— ৱাহৈ ৱাহৈ খুদি'দা মীওইবনা আত্মাবু মাংহল্লি অহংগা অচুম্বা আত্মাবু মাংহনবগিংগী হশিনা মথং মথং ওইনা হেনগৎলকলি। নাপল অমসুং শইদবনা চাওখৎলকলি। মসি পুম্নমক মরমদি অসিনি—আত্মাগী শিনবা অমদি পরলোকতপু থাজগদবনি, অচুদগী মীওইবনা অরেপ্পা জীবনবু মশাগা জীবনগি হাইনা লৌই; মসিগী মমাংদসু জীবন কয়ামুক লৈ, মসিগী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা ৱাখল তৌদে মরম অয়না থাঙ্গেশেংবা অরেপ্পা জীবনবু নুংঙাইহল্লবগী থৌরাংনা তৌনয়না লৈ: "মতম অহ ফাওবা হিংঙু" নুংঙাইনা হিংঙু : লমন তৌনশিল্লবসু অক-অকবা পোৎপু অখোইবা ওইনা ভোগ তৌ। শিগ্রবগ তুংদা করি ওইগনি, কনানা হংহনা খন্মী।

যাবজ্জীবং সুখং জীবেদৃণং কৃত্বা ঘৃতং পিবেত্।
ভস্মীভূতস্য দেহস্য পুনরাগ মনং কুতঃ।'' (চার্বাক)

অসিগুম্নবা মাংনবগী মশক ওইরবী অসিদা ইকায়খুম্নবগী লমবী ওইনা চৎলি। মসি মখোইগী নুংঙাইবগী মতম্তা হেম্ন. হয়া অয়াবদা লুপশিনবনি। পরলোক অমসুং পুনর্জন্মবু থাজদবদগী অসিগুমবা অসি শোইদ্রবা ফলনি।

অসিগুমবা পরলোক অমসুং পুনর্জন্মগী অচুমববু মাংদা অমদি তুংগী মশক্তা ঐখোইগী শাস্ত্র পুম্নমক্তা যারি। বেদদগী লৌহনা আধুনিক দার্শনিকশী লাইরিক পুম্নমকনা ৱাহৈ লমন্তা ওইনা অসিগুমবা অচুমবা অসিবু চাওখোকহল্লি। কঠোপনিষদকী

নচিকেতোপাখ্যানদদি মসিগী অচুমববু ফংংবনদা লৈবগী প্রমাণ লৈ। নচিকেতা অমসুং যমরাজগা ঙাংনবা রাকমনি, মদো থোইদোক হেন্দে কনা মরু ওইবনি যমরাজনা মাঙোন্দা বর অহুম পীনবা হাই। মখোইগী মরক্তগী অহুমশুবা বর অহু পি না নচিকেতানা যমরাজদা অসিগুমবা বাহং অসি হংজে।

ঐগী ওইরিবা মীওইবগী মরমদা চিংনবা লৈ, মঃদি—কনাগুমদংগা হাইনৈ শিরবগী অরোইবদা "আত্ম লৈ" অহুগা কনাগুমবনা হাই "লৈতে হাইনা"—মসিগী মরিদা ঐনা অদোম-দগী পাউজাক্লু পামজে, মহৃদগী ঐনা মসিগী মরমদা জ্ঞাণ ফংজবা। ঐনা নিজবা বরগী মনুংদা মসিনা অহুমশুবা বরনি।" (১ ১। ১০)

যমরাজনা তৌকম থোকপা - পরীক্ষাগ'দমক মসিগী মরমদা কোকহনবা পাম্মী অহুগা নচিকেতাবু মীওইবগী অয়াম্বা অথোই-অথোইব য়াম্বা তাংনা ফংলবা ভোগশিংবু ভোগ তৌহনবীরে, (মীহৌহললে), তৌইগুম্বসুং নচিকেতানা মশাগী অপ্পা অহু কোকহনবা ঙমদে। নচিকেতাগী অহুগুম্বা তমজনিংঙাই ওইরবা নিষ্কামভাব অমসুং কল্লবা অরেপ্পা অহু উরগা যমরাজনা য়াম্বা পেল্লে অমসুং মহাকপু প্রশংসা তৌহনা হাইরকই :—

ন সাম্পরায়ঃ প্রতিভাতি বালং
প্রমাদ্যন্তং বিত্তমোহেন মূঢ়ম্।
অয়ং লোকো নাস্তি পর ইতি মাণী
পুণঃ পুনর্বশমপেদ্যতে মে॥ (১, ২। ৬)

“অতুগুম্বা অপংবনা ধণগী অপাম্বদা মমিৎ তাংঠনা অকাওবা ওইত্তুনা লৈ, মকাক্না পরলোক্তা সাধণ অমা নিংশংলুদে। অসিগুম্বা লোকনি, পরলোক নত্তে - অসুম্না কল্লিবা ( লৌ-রিবা ) মীওইবনা অত্তৎপা লৈ তনা ঐগী থম্ভ তারে ( পোকই অমসুং শি )।”

মসিগী তুংদা যমরাজনা অতুগুম্বা আত্মাগী মশক ওইরবা অংগী মরমদা পাউত্তক পীত্তুনা হাইরকই :-

ন জায়তে ম্রিয়তে বা বিপশ্চি-
ন্নায়ং কুতশ্চিন্ন বভূব কশ্চিত্।
অজো নিত্যঃ শাশ্বতোঽয়ং পুরাণো
ন হন্যতে হন্যমানে শরীরে॥ ( ক ২। ১৮ )

“অসিগুম্বা অরেপ্পা জ্ঞাণগী মশক ওইরবা আত্মানা পোক্লু-শিদে, মসি করিগুম্বা পোৎ অমদগী পোকলক্তে অতুগা মশক অসিনি হাইত্তুনা তাকপা ঙমদে (অমদি থবক্না তাকপা ঙমদে, মসিগী মরি লৈত্তে; মশক লৈত্তে, মওং লৈত্তে)। মাদি পোক্তবনি, অরেপ্পা ( মতম পুম্নমক্তা পোক্তনা লৈবা ), অনাদি, শিদবা ( মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবা, অনন্ত ) অমসুং কুই-রবনি অমদি হকচাংনা তুমগ্রবা-মাংগ্রবস্থ মাংবা লৈত্রবনি।”

মতিক চারবা বর্ণন অসিনা আত্মাগী অমর ওইবা অসি সিদ্ধি ওইরে।

মথাদা অশুম চথরক্নগা যমরাজনা অদু গুম্না মীওইবশিংগী পতি অদু হাইরি, অতুগুম্বা আত্মাবু থংউদবদগী মৃত্যুবু ফংই—

অসিগুম্না অতোপ্পা হকচাং কাংই, মসিগী মরমদা অতপ্পা অঙাং লৈরবা নিপানা করিস্ত চিংনলিংঙাই লৈতে।"

ন জায়তে ম্রিয়তে বা কদাচি-
ন্নায়ং ভূত্বা ভবিতা বা ন ভূয়ঃ।
অজো নিত্যঃ শাশ্বতোঽয়ং পুরাণো
ন হন্যতে হন্যমানে শরীরে ॥ (২।২০)

"অসিগুম্বা আত্মানা করিগুম্বা মতমদসু পোক্লে অমগ শিবসু লৈতে অমদি অপোক অশিদা লেপদনা লৈ। মরমদি মহাক্তি অজন্ম (পোকপা লৈতবা), নিত্য (অরেপ্পা) সনাতন অমসুং পুরাতননি; হকচাংনা শিত্রবসু মহাক্তি শিবা লৈতে"

বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায়
নবানি গৃহ্নাতি নরোঽপরাণি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণা-
ন্যন্যানি সংযাতি নবানি দেহী ॥ (২।২২)

"মহাক্নদি মীওইবনা অমনবা ফিবু হন্দোক্লগা অতোপ্পা অনৌবা ফি লোই, মতৌ অদুগুম্না জীবাত্মানা অমনবা হকচাংবু থাদোকলগা অতোপ্পা অনৌবা হকচাং কাংই।"

মরিগুবা অধ্যায়গী মঙাশুবা শ্লোকতা ভগবাননা হাই—পরন্তপ অর্জুন! ঐগী অমসুং নহাক্কী কয়ামুক ওইবা মপোক ওইখ্রে। মহা পুম্নমকপু নংনা খংদে, তৌইগুম্বসুং ঐনা খংই" গীতাদা স্বর্গনচিংবা লোকশিংগী মতম খুদিংদা উৎসি। পুনর্জন্ম,

পরলোক, আবৃত্তি অনাবৃত্তি গতাগত ( চৎথোক চৎশিন ) নচিংবা রাহৈস্ন মকম কয়াদা পীরী ভরুকশুবা অধ্যায়দগী ৪১—৪২গী শ্লোকশিংদা যোগভ্রষ্ট পুরুষনা মতম শাংনা স্বর্গনচিংবা লোকতা নিংথিনা লৈ শুদ্ধ আচরণ ওইবা শ্রীমান পুরুষকী য়ুমদ অমদি জ্ঞানা অথোইবা ওইরবা যোগিশিংগী শাগৈদা পোক্রবগী রাকম কয়া পীরি অমদি ৪৫গী শ্লোকতা মখল মথা অয়াম্বা জন্মশিংগী রাগ হাইরি। মতৌ অসুম তৌদুনা অধ্যায় ১৭ ১১গী শ্লোকতা পুরুষকী সত্-অসত্ ওইরবা যোগাশদা পোকনবগী রা কয়া হাইরি। ১৪ শুবা অধ্যায়গী ১৪—১৫ অমদি ১৮শুবা শ্লোকতা গুণশিংগী মতুং ইন্না মীওইবগী অরাংবা ময়াই ওইবা অমদি অধোগতিবু কংনবগী রাকম পীরি, অমদি ১৫শবা অধ্যায়গী ৭ ৮শুবা শ্লোকতা হকচাং অমবু থাদোক্লগা অতোপ্পা হকচাংদা চংনবগী য়াম্না শেংনা হাইরি। ১৬শুবা অধ্যায়গী ১৬—১৯ অমসুং ২০শুবা শ্লোকতা ভগবানদনা আসুরী সম্প্রদায়শিংবু অংৎপা লৈতনা তির্য্যগ যোনিশিংদা অমসুং নরকশিংদা ইস্লনবগী রাখল কয়া পীরি। অসিগুম্বা রাহৈ কয়ামুক অসিনা পুনর্জন্ম অমসুং পরলোকী মরমদা অশেংবা নোইখৎহল্লি।

যোগসূত্রদসু পুনর্জন্মগী মরিদা হাইরী। মহর্ষি পতঞ্জলিনা হাই—

ক্লেশমূলঃ কর্মাশয়ো দৃষ্টাদৃষ্ট জন্মবেদণীয়ঃ। ( সাধণঃ ১২ )

অরাবা—( অপংবা, নাপল, সুংঙাইবা, য়েরবা অমসুং পুম্নমকপু লুপশিনবা মৃত্যুভয় ) মসিনা মরুনি, মখোইগী কর্মাশ্রয় ( কর্মশিংদা হৈনরকপা ) থাঙ্গৎশেংনা অমদি মতুংগী জন্মদা ভোগ অদু চাবা ফংই।

অদুগুম্বা হৈনরকপগী মহৈ অদু কয়িগুম্বা মওংদা ফংই, মসিগী মরমদা মহর্ষি পাতঞ্জলিনা হাই :—

সতি মূলে তদ্বিপাকো জাত্যায়ুর্ভোগাঃ। ( সাধনঃ ১৩ )

"অরাবগী মশক ওইরিবা অসিনা লৈরগা অদুগুম্বা অপামবাশিংগী মহৈয় ( যোনি ), আয়ু ( জীবনগী ছমথৌ ) অমসুং ভোগ ( অরা সুংঙাই ) ওই।"

মনুস্মৃতিদসু পুনর্জন্মগী মতিকচাবা য়াহৈ কয়ামুক ফংই। করম করমবা কর্মশিংদগী করম করমবা যোনিশিংবু ফংই, মসিগী মরমদা ভগবান মনুনা হাই —

দেবত্বং সাত্ত্বিকা যান্তি মনুষ্যত্বং চ রাজসাঃ।
তির্যকত্বং তামসা নিত্যমিত্যেষা ত্রিবিধা গতিঃ॥ (১২।৪০)

"সত্ত্বগুণী ওইবা মীনা দেবযোনিদা, রজোগুণীনা মীওইবগী যোনিদা অদুগা তমোগুণীনা তির্যগ্ যোনিদা ফংই। মতম পুম্নমক্তা জীবশিংনা অসিগুম্বা মথল অহুমগী গতি অসি ফংই।

মসিগীতুংদা ভগবান মনুনা ব্রহ্মহত্যা, সুরাপান, গুরুপত্নী গমণ অসিনচিংবা মহাপাপ ওইরবা থরগী প্রমাণ পীদুনা হাইরি মহুদি অসিগুম্বা কল্লবা পাপশিংবু তৌরবদি চহি কয়ামুক নরক্তী

পিণ্ড'ন নির্ব্বাযামাস র মো লক্ষ্মণসংযুতঃ ॥
ইঙ্গুদীফল পিণ্যাকরচিতান্ মধুস্প্লুতান্ ॥
বয়ং যদন্নাঃ পিতরস্তদন্নাঃ স্মৃতিনোদিতঃ ॥
( অধ্যাত্মঃ অযোধ্যা ন। ১৭—৮৯ )

"তুংদা মী পুম্নমক মন্দাকিনীদা চংলগা স্নান তৌরুনা শেং-দোকলে মক্কম অদুদা পুম্নমকনা ঈশিং থুজোকনা মহারাজ দশরথগী জলাঞ্জলি পী অমদি লক্ষ্মণগা লোইনদুনা শ্রীরামচন্দ্রনা পিণ্ড পী। মসে ঐখোইগী চাকনি, মাসিনা ঐখোইগী পিতৃনা পাম্নীগনি,—মসি স্মৃতিগী য়াথংনি। মসি হাইদুনা মখোইনা ইংগুদী ফলনা পিণ্ড শেমদুনা মহুগী মথক্তা থোইহি হাপ্তুনা মাংবু দান কংলি।

বাল্মীকীয় রামায়ণদসু মসিগী বাক্যদা শন্দোকনা হাইবা শ্লোক কয়া থেংনৈ।

মী অয়াম্বনা বাক্ষম অসিদা য়ামনা চিংনৈ, মদুদি:—
"শিরবগী তুংদা আয়া অসি নৈবর নত্রগা নৈতবর হাইদুনা; তৌরিবা নত্রা। তৌরবগী মহৈ অসিবু তৌজথিবা মপু অদুনা পরলোকতা ফংবরা নত্রগা ফংদবদ, শিথরবশিংগীদমক কংথিবা অমদি পীথিবা অদুবু মানা ফংবরা ফংদবরা অগা অশিবা অদুনা মুক্ত ওইগনি, মহাক্তীরমকনি হাইনা তমগ্রীব পোংনা কনাদা ফংই?" অসিগুম্বা বাহং অসিগী অদুম্বা ওইনা লোন-ৱিবদি অসিনি "শিরবগী তুংদা আয়ানি পোইদনা নৈ অমদি

তৌরখিবা কর্ম অদুগী ফল অদু মহাক্না শোইদনা ফংই। মদো অসুমনা লোক অসিদসু ফংই অদুগা লেমহৌবা অমুনা পরলোকতা যংই। শিখিবা মীদমকু কংখিবা নক্রগা পীখিবা অদু মহাকনা শোইদনা ফংই; তৌইগুম্বসু শিখিবা মীদুনা মুক্ত ওইদবা, মহাক্কী মক্কমদা পীখিবশিংদা মপু অদুগী কর্মরূপ ওইরবা ক যদা পুনসিন্দুনা থম্মী।

রাকম অসি প্রমাণ চাবা রাহেনি। অদুগুম্বা মী অদুনা মাগী মচিংদা বেঙ্কতা লুপা কয়া জমা তৌই অদুগুম্বা মী অদুগা মমিংদা জমা তৌই, মহাক্না ফংই, অতোপ্পনা ফংদে। অদুগা অদুম্না জমা তৌরিবা লুপা অদু বিদেশতা মাগী শরুক ওইনা ফংই, মদুগুম্বা পিতৃশিংগী মিংদা কংখিবা পিণ্ড, তর্পণ, ব্রাহ্মণ ভোজন অসিনচিংবা কর্মগী মুল্য পুম্বক তিংগ্রিবা, অদুক্কী মহৈ শদু অদুগুম্বা থরাই শদুনা অসিগুম্বা মপোক (যোনিদা) ওইরবা মফম অদুদা শোইদনমক্কী পোংশিং অদু ফংই। মতম অদা থরাই অদুনা যগগী মপোক (যোনি) দা ফংলবদা মানা শবা থকপদা ফংই. দেবতাগী শক ওইরগা অমৃতগী ফল ফংই, মীওইবগী শক ওইরগা চারবগী মল ফংই অমসুং য়োংনচিংবা কয়ামুককী মপোক ওইরবসু মাগী মাগী ফল অদু শোইদনা ফংই।

মতম অসিদা হাইরবদি "হিংলিবা মীগীদমকসু কনাগুম্বনা যজ্ঞ, দান, ব্রত, উপবাস অসিনচিংবা কর্ম তৌরবদি মখোই

হকচাং অমা ফংলবগী আত্মাদি হোংদে। মসিদগী আত্মানা লেংদবা অরেপ্পনি হাইবা ফোংদোকই;

(২) মীওইবনা মশাগী শ্যাজৎপু কৈদৌনুংদা য়েংদে। মখোইনা করিগুম্বদম্ব থল্লুদে মগদি— ঐ নোংমদি পোইদনা লৈররোই; নত্রগা ঐ অহানবদা লৈরমদে হাইব'স। মশাগী ওইবা বাথলবা আত্মাগী মাইকদা করিগুম্বদম্ব য়ারুবা লৈতে। মখোইনা খল্লিবদ ঐ মতম পূমনমকতা লৈ অমসুং মতম পূমনমকতা লৈখিগ ন। মসিনম্ব আত্মাগী অৱেপ্পা হোৎদবা হাইব'সিদা সিদ্ধি ওইরে।

(৩) অঙাংনা হেক পোকলকপদা কপ্ই অমসুং পোকলবগী তুংদা করিগুম্বদা নোকই, করিগুম্বদা কপই, করিগুম্বদা তুমই, মতম অতুদা মমানা অঙাংগী মচিন্দা খোম পী, মতুদা অঙাংনা খোম অতু চিংহুনা থংই অমসুং নাপল কয়াগা লোইনবা নিকপা, কাওবা কয়াগু উব: ফংই। অঙাংগী অসিগুম্বা পূম্নমক অসি নহাল অমুকী লমচৎ অতু কোংদোকই। মরমদি হন্দক্কী মপোক অসিদা অঙাংনা হাইথিরবা পূম্নমক অসি তমলুব লৈতে। নহাল অমুকী ম:পাকী ভোরকপা পূম্নমক অহ নিংশিংনবগী-দমক মনুংদা লোৎতূনা পোরকই। নহাল অমুকী মপোকতা হোৎনজরকপা অরা-মুংতাই কয়াবু নিংশিংবদা নোকও অমসুং কপ্পী মমাংগী মপোক্তা ফংলকপা শিবা হাইবহুগী কিবনা মহাক্না নিকই অমদি মমাংগী মপোকতা ভোরকপ খোম থকপগী

অভ্যাস অহুনা মহাক্কু মমাগী খোম অদু চিংদুনা থকই। মসিদগীসু মীওইবনা অমুক হন্না পোকই হাইবা অসি চুমলে।

অরোইবদা রাখলগী মতুংইন্না চৎপা

পুক্সিচুপ্পা অদুগুম্বা ভাব বিচারশিংনা কর্মদা লুপ্তুনা লৈ। শিরবা মতমদদি অদুগুম্বা রাখল অহ লাকই পুক্সিংদা মতম কুইনা কুমদুনা থম্বা হৈনবদো।
থংনবা মপোক কংলগা, অরোইবদা লাকপগী মতুংইন্না। মরম অদুনা পুক্সিচুপ্পা প্রভুগী সেবা নিংজবা, কর্ম, রাখল তৌ।

# "বেদদা মৃতাত্মাগী দশা নিপাল"

শিরবা মতমদা জীবাত্মাগী অহানবা ওইনা "গতি-অগতি" হাইনা খেন্নবা মথল অনিগী দশা ( মওং ) লৈ।

"অগতি" হাইবগী পরিভাষানি হৌজিক্কী লোক অসিদদি চৎনরিবা রাহৈনি। মরম অহুনা অগতি হাইবসি মথল মরি খোক্না খাইদোকপা য়াই। পুরমক্কী অখোইবা তত্ত্বদর্শীনি, মখুদা তত্ত্বদর্শনগী বিদ্যা নত্তবা অমসুং বিদ্যা নত্তবগী থবক লিঙ্গশরীরবু থংবা নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা থংদে, মখোইগী অশেংবা মশক্ ব্রহ্মভাবতা লেংদনা লৈ। অতোপ্পা রাহৈদা

"জীবভূমি"দা পোকলগা "স্বয়ংব্রহ্ম" ওই। মসিগী অশেংবনা— উপাধিগা মরি লৈনবা কল্পনাগা রাখলদুনা হন্দোক্নদুনা অশেংবা ব্রহ্মগী মশক্তা লেংদনা লৈ মসিগী খুদমগা মরি লৈননা কল্পনা ওইনা নুমিৎনা মীরুম খুদিংমকপু উপাধিশিংবু লৌথোকলগা মহাক্কী অশেংবা মমিগী মশক্ নু মক্তা লৈ।

অসিগুম্বা অগতিগী মমিং "মুক্তি" সু ওই। মসি লম্বী অনি ওইনা লৈ "ক্ষিণোদর্ক অমসুং" ভূমোদর্ক" "ক্ষিনোদর্ক মুক্তি" নি মসিনা অসিগুম্বা শরীর ইন্দ্রিয় প্রাণনাশিংবা অনাত্ম-পদার্থশিংদা আত্মা ফংনবগীদমক "নেতি নেতি" ক্রিয়া পুম্নমক্তা মরম ওইদুনা মাংহল্লগা নিরাকার নির্বিশেষ বিশুদ্ধাত্মদর্শনদা থিল্লি। "সর্ব খলু ইদং ব্রহ্ম" ইদং সর্ব যদয়মাত্মা" "সর্ব বাসুদেবঃ" অসিনচিংবা প্রক্রিয়ানা মরম ওইদুনা আত্মা ফংনবগী থোইদোকপা ওইরবদা বিশ্বাত্মদর্শনা মহু ফংই, মহুবু "ভূমোদর্ক মুক্তি" নি।

পৃথিবীদা শিরবগী ভুংদা শরু য়াওদবা তীল—কৌতেং উনচিংবা যোনিদা ফংলবা মতমদা "তৃতীয় অগতি" নি অহুগা শরুনা তিনবা শা-উচেক্নচিংবা যোনিনা "চতুর্থ অগতি" নি, মরমদি শিরবা অমানা পৃথিবীবু থাদোকলগা লোকান্তরদা চৎখিদে।

মসিদগী হৌখিবা পুম্নমক্ হোৎনে মহুদি পুম্নমক্তা পাজল য়াওদবা মশক্তা লৈবদগী মথল—মথা মুক্তিনি, মথল অদিগী অথোইবা চৎকমনি অদুগা করিগুম্বা লোকান্তর অমদা চৎতনা

অসিগুম্বা লোক অসিদা উ তীর্ণ কৌজেং অসিনচিংবা অমসুং শা উচেক্ মপোক্পা কোংদোকলবদগী লমচং অসি মথন্দ অনিগী অগতি ওইরে। অসিগুম্বা অগতি অসিবু মসিদগী হাইনৈ, মসিদগী জীবাত্মানা পৃথিবীলোক থাদোক্লুনা কবিগুম্বা অতোপ্পা অমদা চৎতে। অসিগী তুংদা মথাদা ইকিবা মথল মরিগী গতিগী অরেপ্পা অমঃ কোংদোকলি—ব্রহ্মলোকগতি, দেবলোক-গতি, পিতৃলোকগতি নিকৃষ্ট নরকগতি পুম্নমক্কা পেল্লবা মথল মথা অয়াম্ব তত্ত্বদর্শী ওইরবা গতিগা লোইননা চাওথং-লকপদি কবিগুম্বা মওং অমগা মবি নৈনদে মরম দ মখোইগী প্রাণনা "ন তস্য প্রানা উতক্রামন্তি।" অসি শ্রুতি হায়েন (বৃহঃ ৪ | ৪ | ৬) কী মতুং ইন্না উতক্রমণ তৌরবা নৈতনা 'অত্রৈব সমবলীযন্তে।" হায়ে তসিগী মতুং ইন্না মকম অসিদা জ্ঞাননা মরম ওইদুনা পুম্নমক্কা মুংঙাইবা অচুম্বা নিবৃত্তি ওইবদগী মখোইগী নৈংমদো ব্রহ্মতত্ত্বদা পুক্নিলথি। বেদান্তশাস্ত্রদা কোং-দোকলি-অধিষ্ঠানাবিশেষো হি বাধঃ কল্পিতবস্তুনঃ। অমদি পুক্নিংনম্নাবা পোংকী হল্লিনবা অমদি মপুং ফান পাংথোকপা অসি মখোইগী নৈংমদগী ওইদে, গুপনগী তত্ স্বরূপনা ওইবনি। মতৌ অশুম তৌনা গতিগা লোইনা লোইননা অগতি মরম অসিদগী বেদান্তদর্শনদা ২ | ৩ | ১৯ দা হাইরি—"উত্ক্রান্তিগত্যা-গতীনাম।"

"জীবাত্মাগী উতক্রান্তি, গতি অমদি অগতিবু শ্রুতিশিংদা ফজনা বর্ণন তৌরি" মহৈদি :—

"স্ যদাস্মাচ্ছরীরাদুৎক্রামতি সহৈবৈতৈঃ সর্বৈরুৎক্রামতি"

(কৌষীতকীঃ ৩। ৪)

"যে বৈকে চাস্মাল্লোকাৎপ্রযন্তিচন্দ্রমসমেবতে সর্বে গচ্ছন্তি।"

(কৌষীতকীঃ ১। ২)

"তস্মাল্লোকাৎ পুনরৈত্যস্মৈ লোকায়কর্মণে।"

(বৃঃ ৪। ৪। ৬)

অমদি "অতৃপ্তশ্বা জীবাত্মানা মতমমদা হকচাং অসিদা থুংলে কোংদোকই, মতুদা অসিগুম্বা প্রান পুন্নমক্কা লোইন্দুনা লৈমিন্নে।" অদু অতৃপ্তশ্বা শরাইনা লোক অসিদা "শিংবদা থোকখি; মখোই পুন্নমক চন্দ্রলোক্ত লৈ

অতৃপ্তশ্বা লোক ( চন্দ্রলোক ) তগী জীবাত্মানা লোক অদু-দগী চাবতু লোইরগা কর্মগী মহৈদু চানবগীদমক "অমুক্তহন্ন" হন্না লাকই।" অশেংবা রাফমদি মসিনি মখোইনা স্বর্গগী চাবদু লোইরগা কর্মগী মহৈ চারুনবগীদমক পৃথিবীদা হন্নকই। মসিবু শাস্ত্রদা "প্রত্যাবৃত্তি" অমদি "আগতি" কৌই।

হৌজিক রাহং অমা গুংলরে, মহুদি—লখীন্দর লৈরুনা করি-গুম্বদা চংথোক চংসন তম্বরা? মসিগী পাউখুম ওইনা লখীগী বর্ণন অসি বেদদা শেংনা য়াওরি।

দ্বে সৃতী অশৃনবং পিতৃণামহং দেবানামুতমর্ত্যানাম্।

তাভ্যামিদং বিশ্বমেজৎ সমেতি যদন্তরা পিতরং চ॥

( ঋঃ ২০। ৮৮। ১৪

মথং মথং



## অইবগী ফোংথরবা লাইরিকশিং

১। অশঙ্বা মহাভারত

২। শ্রীকৃষ্ণগী য়ারী

৩। রঘুবংশ মহাকাব্যম্

৪। "পঞ্চতন্ত্র" উচেকশিংগী ৱারী

৫। পোকপা শিবগী নৈনবা
"পূনর্জন্ম অমসুং পরলোক যাত্রা"

## ফোংলকপদৌরিবা লাইরিকশিং

১। ভেনৌয়ানা লিবা ৱারী

২। খুবাক মরি য়েংবা ভমনবা

৩। শ্রীগনেশ পোকপা

৪। মীওইবগী অক-কত্তা য়েংনবা "খেল চাং"

৫। কার্ত্তিক পোকপগী য়ারী

৬। শ্রীকৃষ্ণগী "যদুবংশ ছুবা"